হৈস্নাম লক্ষীবাবুগী

# ওনাগী থম্বাল থিরুবাদা



# সনাগী থম্বাল থিরুবদা



হৈস্নাম লক্ষ্মী.বাবু

স্তেন্দ রাল'দ পাব্‌লিকেসন বোড'
লক্ষ্মীপুর আসাম

# SANAGEE THAMBAL THIRUBADA

A collection of Manipuri short story by

Heisnam Lakhibabu.




[illegible] ফোঙবা, ফেব্রুৱারী ১৯৯৮ ইং

কোপী মশীং— ৯০০

অফোঙবা :- ৱেদ ৱার্লদ পাব্লিকেসন বোর্দ

লক্ষীপুর, কাছাড

নমফম :—লালা প্রিণ্টার্স লক্ষীপুর ১স্তুং

পূর্ণিমা প্রিণ্টার্স লক্ষীপুর টাউন,

মমল :- লুপা ৪০°০০ (নিফু) তনি

মখুমগী লাইয়েক ইঙুদম সতীশ,

ব্লোকঃ ইঙুদম কোইরেং জিরিবাম মনিপুর অমস্তুং

জহির উদ্দিন, লক্ষীপুর কাছাড

# বোর্ডকী মায়কৈদগী

মপান মনিপুরী সাহিত্যগী লমদা ৱারীমচা ইবা তাংই। হৈস্নাম লক্ষীবাবু খোংজেল তপলিবা ৱারীমচাগী লমদা খুৎ থাম্লিবা অইবা অমনি। হন্দক্কী "সনাগী থম্বাল থিকুবদা" হায়না মিংথোনবা ৱারীমচাগী লাইরিক সিনি। অইবগী অনীশুবা খুদোলনি। লাইরিক অসিগী মমাংদা "তারমদাই মুমিৎকী সনা অহিংবা মচুলক্তা" (খ্রীঃ ১৯৮৮ ইং) ফোংদ্রে। হন্দক্কী অনীশুবা ৱারীমচাগী লাইরিকসিদা লমকোয় ৱারী, সাইন্স ফিক্সন অমদি লৈমায়সিদা থোক্লিবা থোদোক ৱাথোক কয়াদগী শক্তম লৌতুনা শাগৎপা ৱারীমচাশিংনা মপুং ওইরি। লাইরিকসিবু ফোংদলিবা স্তেদ ৱার্লদ পব্লিকেসনগী পন্দমদি মনিপুরী সাহিত্যবু চাউখৎনবগীদমক অফবা লাইরিক পুথোকপনি। "সনাগী থম্বাল থিকুবদা" হায়বা ৱারীমচাগী লাইরিকসি অটকী মীৎয়েংদগী য়েংবদা কয়া য়াম্না মপুং ফাবা অমদি ফাদবা হায়বতুদি অপাবশিংগী খুৎতা শিন্নজরে।

৮ ১/৯৮ ইং

ইঙুদম সর্তশচন্দ্র
স্তেদ ৱার্লদ পাবলিকেসন
লক্ষীপুর, কাছাড়

# অহৈবগী ৱারোল

মতম মতমগী থৌগল ফঙজবা ওইনা মীয়ামদা মেগাজিন কয়াদা লাপ্থোকখ্রবা 'ৱারী মচা' লমকোয় ৱারী কয়া অসি স্তেদ ৱর্লদ পব্লিকেসন বোর্ডনা খোমজিনবিদুনা লাইরিক অমা ওইনা 'সনাগী থগ্গাল থীরুবদা" হায়না মিংথোনবিদুনা ফোংদোকপীবগীদমক বোর্ড অসিবু থাগৎচবদা নত্তুনা শিংত্তমল-রোইদবা লমন অমা তোনসিনজগে লৌজরি। থোইদোক হেন্দোক্না লাইবিক মচা অসিবু "কামিনি কুমার" এৱার্ড ফংলবা ওঝা শোগাইজম ব্রজেশ্বর সিংহগী মিৎদা কথোকচবা ফংহনবিবগী দমক বোর্ডপু থাগৎচরি।

অরোইবদা ৱারীমচা কয়া অসিনা অপাবা শিংদা মতম মতমদুগী ঈশিং নুংশিৎকী শহুম থজিক লাংহনজবা ঙম্লবদি ইজরুবা ঐগী অরানবা থরদি হক্থিনজরে হায়না লৌজগনি।

লক্ষ্মীপুর
৫/১/৯৮ইং

হৈস্নাম লক্ষ্মীবাবু সিংহ



ঐগী মুংশিকরবা ওজা

সৌপাইক্রম বাক্কেশ্বর দা



## য়াওরিবশিং

( ১ )

"কৌক্রু চীঙদা সনাগী থম্বাল শাংলি।" চিন্থাং য়ৈনা চথরক্লিবা ৱাহৈসিমক্না, মীপুম খুদিংগী থম্মোয়বু উংঙমদ্রবা লীচিং অমনা নিউটনগী মধ্যাকর্ষণ শক্তিগুম চিংশিল্লি। লিচিং অসিনা গুসিম্ম কৌক্রুগী থোগল ফংনরি। থম্মোয়মুংদা অকি তুজুং পোকহল্লিবা মাগী নাকচিদা শাংলিবা ৱারী শিংবুল কয়া, ফাথিবশিংনা খিবদি লেপত্রি, —"কদায়দনো শাংলিবা সনাগী থম্বাল ?"

ইতিহাসকী ঈথিল কয়াদা কিম্ভ্রবা মীতৈ নিংথৌ, নিংথৌ মচাশিংনা লাঞ্জেনবদা থৈরম্বা হী-য়াইমা নারোন্দা সনাগী থম্বাল ওইনা শাংলিবরা ? নত্রগা শান্তিদাসকী মৈয়িং-মৈচাক থাঙমদ্রবা পুয়াশিংনা পায়খিত্নু কৌক্রু চীঙোন্দা শাংলিবরা সনাগী থম্বাল ওইনা ?

চীঙোল অসি "অৱাং কৌক্রু অংগুপ্পগী" মশাইকোল, মীতৈ খুন্দা অহাম্বনি। ইম্ফাল সহরদগী অৱাং নোংচুপ কাচিন ওইরপ্পা কিলোমিটর কুনমরোম চংশিল্লগা অত্নুমক কৈরে মণিপুরগী খ্বায়দগী ৱাংলবা চীঙদোন। কালেন থাগী নোংমাইজিং তরেৎ অৱা-অনা থীনদনা খোৱাংলবা ভাইবংনা কৌক্রু মাগী মশাই-কোলদা অয়ান খুভম ফংননবা থৌনিজবা চৎনৈ।

ইম্ফাল— ডিমাপুর লম্বীগী ওই-ওইননা কিলোমিটর তরারোম লাপ্পা শন মরুম শানা অশংবা ফিরাংজি কোকথোংননা অতিয়াবু শিংনরিবা চীঙদোন অসি উরুবদা কনাগী পুক্লিং চিংশিল্লোয়দগে ? ১৮৭৪ ইং কালেন থাগী অনিশুবা নোংমাইজিং মুমিংনি। অয়ুকী পুং তরুক য়েথিবগা লোয়ন লোয়ননা মতম কুইনগী থৌরাংবা কোক্লগনি থল্ল্বদা মুমিং অদু ঐনা কয়াগী মত্তিক হয়াউজখিবা ! লুনা ভিন্নক্করুবা মরূপ গৌরচন্দ্র, শান্তকুমার, নীলমণিগা লোয়ননা ঐথোয় মরিনি কৌক্র চীংদোন কারুনবা থৌরাং তৌরিবা।

মরূপ গৌরচন্দ্রদি ওইনাম বিজান্দনি। মাবু য়াওয়বদি অরা-অনা পুম্বা কাওই, খোঙবু ওইবদা চুনৈ। শান্তকুমারদি কোটো গ্রাকয়নি। অতুগা থৌবালদা পোকপা মরূপ নীলমণিদি লময়ায়নি, মঙাল্দা অকি অথং লৈতে। তীখংমরক, উরী মরক লম্বী কক্লুনা চংপা, অঙম্বা চীংমায়দা উসা নত্রগা য়াঙ্কেন য়ানত্নুনা কাবদা হৈনবা মীতানি। মখোয় অসিগী মরক্তা নাইতোম তারিবদি কাছাড়দগী ঐতনি।

ঐখোয় থুদিংমক চান-থক্রুবা অমদি অহিং য়ারেক্লবা ফি-রোলগী নম্বো-মচা অমমমগা থাংমৈবন্দগী চীঙমৈরোং তম্মা খোংশাল্লে। চীঙমৈরোংগী লমলোং মরি ফাংবদা ভিমাপুর তাবা গাড়ী ভায়রম্মী ছাত্র কয়াম্ম। মকম অসিদা শুপগী মিনিট মঙাতনি গাড়ী অক্লুনা লেপ্লিবম্ম। গাড়ী থুংলয়ে ঐখোয় মরি হাথু হাথু কাখংলে।

ঐখোয়গী গাড়ীদো অরাং পাংনা চেনখিত্নুনা অরাং সেকমাইদা অমুক লেপ্লয়ে। ঐখোয়স্ম কুমথত্নুনা চা দোকান মচা অমদা চা কপ অমমম থকমিন্নত্নুনা অমুক তম্ম গাড়ীদা

নাঙনী শম্নাল খিক্লবদা

কুপ্লবলে। অরাং লেঙমাই কাউথোক্তুনা মোইবুং অমুক তুংওইনরমলগা লুপা অহুমগী অনৌবা লোয়রবদা শ্রীখোয়গী লুম্নজং কৌক্রু চীঙ্গোলগী অহাম্বা থোংদাকম কৌক্রু নৈখা খোম্নহুনা গাড়ীদগী অমুক কুমথলরে।

গাড়ীদগী কুমথরগা হঙংনা য়েংলুবদা "কৌক্রু পাঙ্গনব।" না চীঙলেম্না লেপ্তুনা মচা-মনাই পুম্নবু তরাম্না ওক্লম্মী। রাং-চাউরবা চীঙ অহুদা খুনাম মচা অমনা মমি শামি ওইনা পাম্নংবা মম্নেক্লম চেনখিহুনা চীঙ্গোল্লকতা পাউদম্লি।

খুনামথক্তা খোঙমেংনহুনা লীরি লীরি চংনরি চীঙদোন তম্না। ঐখোয়স্থু লাইথুরম্বা কাংলুপতা তিল্লে। মর্কম অহুদি মহৌশা লাইরেম্বীগী শান্নফমনি।

চীঙগী নাক য়েত্তা নেপালী যুম খরা থেংনৈ। ভারতকী অরাং ভুমখৈদগী লাক্তুনা মফম অসিদা কর্ম্না খুন্দাররিবা! মীতৈ নৈবাক অসিদস্থু নেপালগী শরক য়াওবরা? খন্না খন্না লমম্নানবদি লেপ্তে। অয়ুকী পুং তম্না তাবদা চীঙথোঙমক্তুদা পুংহি। মাংদা নৈরি রাংলবা কৌক্রু চীঙজাও, "কোরৌগী থোঙ্গাকম মীতৈগীনা হৌরকফম।"

নীলমণিনা হায়রকই "ঐখোয় হৌজিক চীঙকোবগী ফিজোল শেংলসি নীলমণিগী রা মতুং ইন্না ঐখোয়পুম্না চীঙগী ফিজোল হোংহুনা নমদা নংম্বা পোবগা হাউথাং অমমম খুতুম চেংনা পায়হুনা খুনাম তাবা লম্বী থির থিরহুনা উরী রারী কক্তুনা অহুম রাংখংলক্লি। কিপনদ্রবা নীলমণিনা মাংজিন থাহুনা খোনা হাপলি।"

শৌবিং শৌবিংলক্না লম্বীনি। চীঙগী নাক্না লৈরিবা লোকচপ্পা আরক্কীয়ান নাইটসক্কী হিংচাবশুম মথা লাওনা কাথোক্লুনা ঐথোয়না কেল্লকপদা, য়োংকদবগী ইন্নরি। শকথঙনদ্রিবা, উক্সাও কয়া মুশুক মুশুক শুকক্তোক্লনা ঐথোয়বু য়েংলি। লাইগী মশাইকোনে য়ৌনরবা হোংনবদা হকচাংস্থ চোকথবনা লোইরে, লাইবক ফৈদা নুপী খোঙবু ওইহৌদবা।

অস্রম্না উরী থম্না কক, উশা থম্না থা, য়াক্লেন থম্না য়ান যৌনিংলগী ময়াই অমনা লেপ্পা লৈতে খোঙথাংস্থ। অচুবু অরাবগী তাস্কক কয়াদা গৌরচন্দ্রগী ফাগী মতেক মতেক্লা অরা পোঙ্খানরি। ফজবা মফম থুদিংদা শান্তস্থ ফোটো হেক হেক লৌথহুনা ঙাইহাকস্থ নিংশা-শ্বোর হোন্দোকহল্লি।

চীঙথাং যৌবে + অতিয়াদা পাইবা নোং শঙ্গ শঙ্ গনা ঙসিদি সেগাবক্তা ঙাথু-থেংথুহুনা শান্নরবে। নোং মপৈলক্তা খোংনেংননা চংপা ফংজরবদা ঐনা কয়াদা হরাউজখিবা। নহাল মগৈ— ঐনা মরাংঙে থঞ্জরম্বা অপাইবা নোং ঙসিদি হন্থনা উরে, মীওই পুন্সিম্থ অহুমঙায়। উক্সাও কয়াস্থ অস্থম অস্থম তাকশিল্লক্লে, খোংথাংস্থ অস্থম অস্থম কুপশিল্লকই, নিংশাশ্বোর হোম্বদা শদৌ থোংলকই।

শেন্নবদা রাজরবা মুমিংস্থ অসি যৌরবদি য়ৌরে মত্রাশুম কৌক্র চীঙথাগী য়ারেকশঙদা শিন্নরমলগা নোংচুপ চীঙয়া থাংথ্রে।

যাত্রীকশিংগী য়ারেকশঙ য়ৌরে। শক্লা মীংগা চুনদে। করম্বা চহীচাদা শাথিবনো থংদে, থংনিংঙ বস্থ পোক্লে। খোংহৌ

## সনাগী থম্বাল খিরুবদা

হানখিব শিংদি অরা পোথানয়ম্মে। য়ারেকশঙ অতুদি নিঙোল চম্নুরাশিংগী রিজার্ভ কৈখ্রে। মখোয়গী মথৌনা মরিংজেলতু থম্নুরুরগা পাঙল শোনবীনিদি হায়নিংদে। হিন্দু শাস্ত্রনা শক্তিগী শায়োন্নী হায়বতুমক মতিকনি খল্লি।

থড়ী য়েংলুবদা মুংথিল পুং মরি তারমলে। কুইনা পোথানত্রে, চারা থরা থরা চারগা তম্ন অনৌবা থৌনা অমগা লোইনমা উশা রাশা য়াম্নতুনা মাগী মাগী য়ারেক শঙ শাবা হৌগৎনরে।

য়ারেকশঙগী তুং ওইরম্বা বর্গ-মিটর চামঙারোম পাকপা পুথ্রী অমা লৈ। অঙকপা পুথ্রীনি, তঞ্চায় অমদি মনাশিঙনা চরাং পুম্বনা কুপশিল্লি, তঞ্চায় অমনা শকয়েং মিংশেলগুম ঙাম্থোইরি। হায়নৈ "চরাংনা কুপশিন্বা মায়কৈগী ঈশিং থক্লবদি মী শি, চরাং হৌদবা মায়কৈগী ঈশিং থক্লবদি পুন্সি মুংশাংঙি।" রারী অসিনা ঈরুজগদবা ফাওবা হাঙ্গায়হল্লি।

অঙকপদি রাংলবা চীঙদোল অতুদা অম্নুপ চাউবা পুথ্রী লৈরম্মীবা অতুনি। লাইরৈবাকী লাইয়াম্না কৌক্রু মাগী মশাইকোলদা অঙকপা অমগা লোয়নমনা তাইবংদা লাইগী মতিং উৎলিবরা? নত্রগা ঋকবেদগী হিংচাবা কুষবনা তুরেল ঈথে পীতুনা মাগী ভালোয় অনিগী ঈরুজনবা সিনখিবগুম কৌক্রু পাঙ্গনবা মহাকম্নু পান্দমন্থু লৌবরা!

মীয়াম পুম্বা ফিজোল হোংনতুনা ইরুজনরি। ঐস্নু কিনা কিনা কুমথতুনা ইরুজরে। অতুবু থীরকলিবা সনাগী থম্বালদি কদায়দম্নু শাংতে উদে।

ময়ামতু লৈরং মচা মচা শেমতুনা চান ধক্কবা থোংনাক্লকরি। ঐখোয়গীসু গৌরচন্দ্রনা থৌরাং তৌরি। শাক্তনা ফোয়েটা লৌবা হোৎনরি অদুগা মাংজিন থাবা নীলমণিদি মায়েকসঙ সানবা লাই-রা মসা থারি।

ঐখোয় পুম্নমক চান থক্কবা লোয়রুনা সঙ সাবা কন্না লাক্লরি। মতুদা খুদোংচাদবা করিগুম্বা লৈতে অমগী মতেং অমনা পাংঙি; খুদিংমক মুংশিননা হংনৈ "কমদৌরি নখোয়গীদি? হোরেল মুমিদাং য়েঙ্গাং লান্নসি। থম্মোয় অমত্তা ওই, লরাই য়ুম্ফালগী রাখল কাওনদে।

মুমিং আখিবগা চুখৎনরকপা খোইরুগী মৈরা পরেং পরেং উবদা নৌহৌননা নীংশিংহল্লি। দ্বীপান্বিতা মুমিংকী মৈরা পরেংগী ফজবা শক্তম। কনানা হায়রোইদগে "মীতৈ মচাসিংদি চাউথোক-লেমথোকপা হৈনজদবা; চেৎনা চান্নবা হিংমিন্নবা কাংলুপনি হায়না। অদুবু ইম্ফালদদি রিক্সানগী চাউখৎ হিদামবগী তুংইন্নবদা ফজরবা রাখল অসি তুংওইনখি। অদুবু মফম অসিদদি কুনগুবা চহি চাগী চাউখৎ সউম লাংঙমদ্রি ধর্মগী ফজবা লৈচিংনা মপু খুয়া ফংজনবগী অশেংবা রাখল অদুগুনি মীয়ামদা য়েল্লিবা।

অহিংচুপ্পা পুং ঈশৈ তৌদুনা, খুলং ঈশৈ হায়গৎনদুনা নোংঙাম্ব ঙায়নরি। সোঙনা রাংলবা চীঙলক অসিদা লাই-রৈবাকী মুংঙাইবা নত্তনা তমথিবা শা কৈগী খোঞ্জেন তাবা ফংদে। ঐনা খ্বায়দগী ঙক্লা কিরিবদি পুগ্রী অদুনি। মাগী অঙকপা রাক্সী অদুনা ঐবু ঙাইহাক্তা কাওবা তুমহনখিদে।

তত্তনা হৌংলি খম্বোম্বদা, "কনম্না পুথি অমত্তগী ঈশিংনা য়েহৈল্লনবা মণ্ডপ অনি চেল্লিবা ?" অতুবু শিবা কিদনা কান্নবস্থ লিবদি কিবনা ঈশিং অতুগী মহাও তৎলক্তে।

থেংলবা অহিংদা নোং মঙবা উদে, নোং খোংবা তাদে অতুবু নোংলিক্তি মন্নক মনক্তা হেক হেক থিকলকই। মসিবু ন্নান্নবা মীওইবগী দমক নন্দন-কাননদগী থিকথন্নবা শিদ-য়াই নাদ য়াইন্না ?

ন্নাহংদি অস্বুম্বক লৈচৌরে খম্বোয়মুংদা পাউথুম পীবিনবা য়াওদনা। অস্বুম্না ঈশ্বরগী মতিক ময়াই শোন্দুনা হিপলিহৈদা নোং কন্না চুন্নকখি। মীয়াম পুম্বা তিন্না কুপ্পা য়াবেকশঙ তম্না চেনশিন্নৈ য়ারেকশঙ অতু মীনা ঈপাক ওইনা তিল্লম্মে, ঈথেকম লৈত্রতুনা মহৈ মহৈ কাংথক মখাদা চঙনবদা ইকাযনদ্রে। ঐস্বু চেনশিন্দুনা কাম্ব অতুদা থৈদোকতুনা নোং থুপলি। খম্বোয়দা ফাওরকই, কৌওইবী লাইরেম্বীবু ওক কোন্দা য়ান্নেকহনখিবগী লংজরুবা তাইবংগী পাপ কোকথোকপিবনা হায়তুনা। মোইরাং অকোংয়াংবগী তালোই থোইদিং লম্মিং চুম্বীবু পুক্লিংদা রারোবা অমস্থ ফাওরকই।

পুক্লিং মুংশিবা অমদি রারোবালক্তা নোংঙানখিবা থঙহৌদে। মঙাং শুকনা অহিং লাইরেম্বীনা য়োংলুরবা মালেমবু হিংগৎহন্দুনা য়াকাইরোল শক্লকই। মহৈ মহৈ ইরুমাইথজতুনা চীং কাবগী ফিজোল হোংদোক্লতুনা নম্বো নমদা থোংতুনা মরি মরি আশা অমমমগা লোয়ননা অশেংবা থুভম য়োননবা অমূক কাখৎনরকই।

চীংদোন অসি উজাও হৌদে, অনেম্বা পাম্বী নত্তনা

যম্পোৎ শাক্তৈ গুম্লবা তেন-রাদি অসুম অসুম শন্দোকখি। রা অসি ত্রেতাদা প্রভু শ্রী রামচন্দ্রগী তেনজৈ শাখিম্ব হায়রে। পাযত্নুনা যেংবদা য়াম্না কল্লি। যম্পোৎ শাক্তৈ ওইনরবদি কুম পুগনি খল্লি।

তেন-রাগী মকোন ' লাম্ভোরকপদা চরোৎ হাপুং কয়াদা কৌক্র পাঙ্গনবগী শম্বুলগুম তুম্বক তুম্বক মোড়া শানা লৈরিবত্থু উবদা নীলমণিনা লাওরকই – "লাই মোড়া য়োরে, লাই মোড়া যৌবে।' শাস্তুনা কেমেয়া শৎ কাম্নী। ঐস্থু ইপা ইবুঙোনা থারম্বা অরা পোপ্পানবা মোড়া ওইবৰোই খন্দুনা মোড়া খক্তা ফমথকই। গৌরচন্দ্রনা শাগল পায়ত্নুনা খংচিং-চিংখৎলি "হৌনদে হৈ! মত্নুদা ফমলবদি ধারা পান্নদে হায়নৈ। চক্কিগী মকম অসিদা লাই থুন্দিম্নত্নুনা তাইবংগী শীংথেক-শিংথানৈ হায়নৈ" তাবদা থুক লাউই। লংজকবা ইবাল পুম্বা ডাকপিনবা শকউদবা মংগী মকাদা থুরুমজৈ।

থরা কাখৎলগা অত্নুম্বক লৈরে অপাকপা মুংফাল অমা। মমায অত্নু শিৎ নাল্লি। মিটর অনিরোমগী বগনি। মিটর অমরোম রাংগত্রা নিংডি। মীপুম থুদিংনা মুংফাল অসিদা ফৌ থবা থবা কৎনৈ। ফৌমী থরা থরম্ব মখোম্নৈ। করম্না রাবীনরিবা মুঙনো খল্লিডৈদা গৌরচন্দ্রনা হায়রকই – "মসিনি ফৌওইবী লাইরেম্মগী ফৌ চাইকম, অত্নুডৈ মোইবাং অকোং-য়াংবগা রাশরুখিবী অতিয়া শিদবগী মচাম্নুপী অতোনবী অত্নুগী" কুমজা থুদিং মীতৈ পুম্বনা লাইবেম্বী লৌখৎনরিবা ইমা-মক্কী ফৌ চাইকমনি তাবদা ঋংলুদা ঈয়া শিম্ভখিবা খঙহৌদে।

তাইবং চেংজেন· পীবিরিবা ইমাবু থম্মোয়দা চেংনা থাগোন·· জরকই। করম্বস্থ অস্থুক রাংলবা চীঙদোন অসিদা অস্থুক পাক্কা নাম্না কুম্ভ পসিনা লৈরক্মীবা! মীমা পুখ্ৎপা ওম্বা নুঙদি মঙ্তে। ইতিহাসকী মমাংদা মনিপুর্ তম্পাক ঙাসিংনা থুমলিঙৈদা কৌব্রু চীঙদা ইহান হাম্না খুন্দানখি হায়বদো অচুম্বনি শরুকই। থঙদরা কুম্না থঙঙে, উদবা কয়াম্ব উরে, উদ্রিবদি সনাগী থম্বালনি।

ডিমাপুর লম্বীদগী তাম্না উরকপা অশংবা ফিরাংজি থাবা মানবা মণ-মকমগী খ্বায়দগী মতোন থংবা মফম অদুদা মীয়াম্না হৈ-লৈ কৎনৈ খুরমনৈ। চ'শিন্নুদুনা য়েংলুবদা চীঙ কারক ওইরম্মী। য়াম্না থুই ঐখোয়গী অহো-অরাং শুমই। মুত্তিদি উদে। মসিমক কৌব্রু লাইনিংথৌগী খুভমনি হায়নৈ। হৈ লৈ কৎতুনা ঐখোয় পুম্বা মওং অমত্তদা খুরমনৈ রাখল তোঙাম্নরবস্থ। মতম অদুদা থম্মোয়দা ফাওরকই "লাইনিংথৌ নঙাক্তি চীঙমুংহুৎ অসিদা কুনশুবা চহি-চাগী অমোংপা কয়া য়েংনিংদতুনা লোৎলিবোই।

লাংতক্রবা থম্মোয়না অরোইবা মিৎয়েংদা হৈখরোমদা য়েংথরকপদা মিৎয়েং অস্থুম্মক শামখি। অস্থুম্না রাখল ফুম্বংনরিঙৈ শিং নাম্থখিদুনা শেৎলিবা খোংগ্রাও তংখায়তানা শেগায়খি। নীলমণিনা খুৎ পায়দুনা য়াল্লমদ্রবদি চীঙলক অদুদা পুক্সিগী ওইনা তুমখুন তাল্লমগনি কাছাড় মচা অমা খিবিনবা লৈতনা।

হামচৎলবা রাখলদো লৈতাহনবদা পুংখায় অমরোম চঙখি। ঘড়ীনা থোগৎলকই তুমিৎয়ুংবা পুং তরানিথোই তারে,

পোথারগনু, থেংলে হন্নবা শেম-শাগ্নো। ঙসিদি লেকদবা নত্তে ইম্ফাল য়োৌগদবনি।

চৎলমদাইদা লাই মোড়াগী খোদোকতু নৌহৌননা লীংশিংলকই ধারা পাল্লরোইদ্রা রারকই। অম্মা খঙাননা কুমলকপনা সন্ধ্যা মতুং পুং তরেৎ তাবদা ইম্ফাল তাবা গাড়ী পারেং পরেংনা ঐখোয়বু তরাম-তবাম ওকলমই। অদুবু কদায় সনাগী থম্বালদি ? ☐

( ২ )

ইণ্টব গ্যালাক্সি কনফ্যারেন্সনি।

মহাজগৎ অসিগী ইহান হানবা কনফারেন্সনি ফমগাদো-রিবা মফমনা মেজেলেনিক ক্লাউডতনি।

কনফারেন্স অসিগী দমক নিংথৌ তুবেল ( মিল্ক ওয়ে ) গী মীহুৎ ওইনা চংকদৌরি, পৃথিবীদগী ঐ অমসুং লৈপাকপোকপা গ্রহদগী থোইদোক্লা শক্লাইরবা বৈজ্ঞানিক মঙাংসনা।

খোঙশানগদবা মুমিংনি। ঐগী এয়ারপ্রোপ ফিজোল অহু শেৎ-চারহুনা হন্দক্লা আমেরিকা অমদি রাশিয়া সুপার পাউরার অনীনা মুংশিনরকপগী পান্দম ওইনা শামিন্নখিবা "পান্থোইবী I"।

সেটেলাইটতা কাখৎলগা ফমথবদা মাঙদা থেংলিবা মিংশেল অহুদা মীংয়েং তাক্লে। ইশাগী শক্তম অহু যেজবদা লাইনুংগী জগন্নাথ কয়াদি মাল্লে। খল্লকই – "তাইবংমীনা লাই-তীন থুকম্নবদা আতিয়ারোমদা হেক হেক য়েংথৎনরিবসিদি মতম অমদা ঐখোয়বু শন্দোকপীরম্বা অপোকপা অপোকপী অদো অতোপ্পা গ্যালাক্সিগী মী শোয়দনা ওইরম্মনি।

অহুগুম্বা লাই লৈবাক অহুদা চৎপা ফংজরবদা ঐসে কয়াদা মুঙাইজরিবা। লোয়ননা অকিবসু পোক্তবদি নত্তে।

## ইন্টর গ্যালাক্সি কনফারেন্সতা

শ্রী হরিকটাগী রোকেট থাগৎফমদা M.S.R. -85 (এম, এস, আর-৮৫ ) গী মথক্তা নোংমৈ মক্তগুম পায়থোক্কে হায়ত্তুনা তেজ্জন খৎপা ঙাযবী। পৃথিবী মীয়ামগী হৱাও ঈনিল মরক্তা অসুম অসুম ৱাংখৎলক্লে। রোকেট মথং মথং পোকখায়খিবগা লোযননা "পান্থোইবী" সু য়াংবগী চাং হেনগৎলকই, অদুবু পৃথিবীগী মুংশিনবা মরি থদৎপা ঙমদত্তুনা থৱাম্মিচাক মরক্তা পৃথিবীবু হন্না হন্না কোয়রী।

পুক্লিংদা অঙাং ওইরিবৈগী মুংশিবা ৱাখল ফাওরকই। ঐনা অসুম্না পায়বসে পৃথিবীদা শোয়দনা য়েংনৱমগনি। লাউ-নবমগনি অঙাং শঙ্ক শঙ্কুনা "রোকেট পাইরে! আ-দা বোকেট পাইবে!" ঐসু মতম অমদা ফিভম অদো ওইরকখি।

মতম অদুদা, ঐগী থৱাইনা অচেনবা থৱাম্মিচাক অদুদা তোংত্তুনা থৱাম্মিচাকরক্তা থৱাম্মিচাক কয়াগা র রী শান্নখিবা! ঙসিদি পুক্লিংগী লীচিংনা হকচাং য়াওনা "পান্থোইবী' দা লোংত্তুনা থৱাম্মিচাক মবক অসিদা কোয়চেন-চেন্দুনা শান্নবে।

অসুম্না অঙাং ওইরিবৈগী মুংশিবা ৱারী কয়াগা লোয়ননা পৃথিবীবু হন্না হন্না কোয়রমলগা খোঙচৎ অদুগী ওইনা বিদায় তৌবমলে।

নুমিৎ থোক্লা থোক্লা মমলবা শুনতরংদা আশাগী মঙালনা লৈপাকপোকপা গ্রহ তম্না পাইরি। ঐগী খুদাংদা শিরিবা 'মতম' ঘড়ীদো লৈতেং ওইবা নত্তনা মগুণ পুম্বা মাঙখরে।

শুনতরংগী অমম্বা লোকন্নুং লাম্থোরকপদা পাউড়াগী অবোইবা ঙমথৈ তুংওইরম্বগা হাফলং ষ্টেশন্না "বরাক ভেলী

এক্সপ্রেস" ভাইরম্বগুম অনৌবা মঙাল ফংজবতুদা কয়াগী মতিক মুংঙাইখিবা। য়েংথোকউবদা লৈপাকপোকপা গ্রহগী "ইন্টর-গ্যালাক্সী সেটেলাইট পোর্ট" তা মঙাংসনা অমদি মাগা লোয়ননা বৈজ্ঞানিক কয়া কয়ানা ঐবু তরাম্না ওক্লম্মী।

"পাম্বোইবী -1 বু সেটেলাইট তাফম অসিদা থনমল্লগা মীওইবগী রাখলদগী হেন্না রাংনা শাথবা "মার্স সুপার -৮৫" দা অমুক তোংলতুনা মঙাংসনা অমম্ব ঐ অমুক লৈপাকপোকপা গ্রহবু মৈখুনা মমহনবা মথৈ তুংওইনরমলগা মুমিৎ অমদি মাগী ইমুংমনুং পুম্বা কায়নতুনা সৌরজগৎতগী তাম্না রাংলবা কোস-মোলেগু তম্না অমুক পাইরম্মী। কোসমোলেগুদা ঐখোয় লেগু তৌরে। লৈবাক অসিদা গ্রেভিটেসনেল ফোর্স য়োদবনা জীব খুদিংমক ইতাউ তাউদুনা লৈ। রাখংনা পুরা মায়কৈদা অতুম্বক লোক্তাকী থাঙ্গ অমদি করাং হৈকোলগুম তাউতুনা চংলি। ওস্তগনি নত্রগা লুপখিগনি হায়ণগী অকিবা লৈতে।

মঙাংসনাদি হান্নবা লমজাল্লুনববনিনা খরা মীৎশিং নাশিংঙি। মরম কয়াদা মানা লমজিং লমতাক তৌই। ঐদি অঙকপা অকিবা অমনা পুনখিতুনা ইশাবু বৈজ্ঞানিক অমনি হায়বা ফাওবা কাউথোকলুই।

"আ-দা পীকতক্লা ঙাল্লিবা থরানমিচাক অসি নখোয়গী পৃথিবীনি। সোমদা থোকলিবা অসিনা ঐখোয়গী গ্রহনি।" মঙাংসনানা খোইনী নোয়না নোয়না মথুৎ থিন্দুনা তাকই। থরান্মিচাক অনীনা লাপ্পনসি মীৎ নামা নামা শিন্দোক শিঞ্জিন তৌতুনা য়েংবদা পোৎশক অমনা মফম হোংবা গুম্বনি। হায়বদি পেরালাক্স অমতনি।

"পৃথিবীবু অসুক য়াম্না পীকপ্রবা ! ঐখোয়গী পৃথিবীবু !" ঐনা থাজবা ওমদতুনা মঙাংসনাদা ওনশিল্লুই।

মঙাংসনানা, সৌরজগৎতা লৈরিবা গ্রহশিংগী ফিভম কোসমোলেগুদগী করম্না অশ্নসুং কদৌমদা উবগে হায়রবদো মথা তানা শন্দোকই। মাগী রারী তানা তানা ওঝা সনাবগী রাবী ঐনা পীক্লিঙৈদা তাথিবদো নিংশিংলকই— "প্রাণ প্রিয়ে ! হয়ুমাম্না অসুম অসুম পীকশিনথিতুনা হঙ্গাম মক্ল অমদা চঙখি। অমহিকতুং মক্ল মমুং অতুদা কা কা নাইনা শেমখি। হঙ্গাম মক্লমুক্ত চাউনা মুংলগে মতাগুম উরিবা পৃথিবী অতুগা ঐনা ওংস্থাইনা চাউরাকপা মহাদেশ কয়ানা থৌগলহৌবা পৃথিবী কয়াদা খেন্নরবা ! নিংশিং নিংশিংনা ঐনা খুমখি—

"ওইরম্বসু ময়াই"

কোসমোলেগুদা থুনা তুমগনবা অচা—অথক খরা খরা চারবা মতুংদা- 'এস ইউ উইল বি.সি 743' দা কাখৎতুনা ইরেগুলার গ্যালাক্সীগী মমুংচম্বা মেজেলেনিক ক্লাউড য়ৌথিবদো, গাড়ী তোংনা তোংনা উইকরগা মীৎ পাংথোকপদা পম্থুংফম য়ৌবম্বগুম অতুমক থুংলে গ্যালাক্সী অতুদা।

মসিনি ঐনা খ্বায়দগী হেন্না ঙক্লিবদি। অসিগুম্বা শঙ্গাইশেল্ল অসি মখোয়না বি, সি, 743 দা পুথোকখরে ঐখোয়না হৌজিক ফাওবা তারি মহাভারতকী তাঙ্কক অমদা ভীমনা ঙা-কিহোম তোংতুনা মীৎকুপ্পা করিমত্তা থঙদনা বরুন লৈপাক য়ৌখিবা। মসিনা রারীনি অতুগা এস ইউ উইল বি, সি, 743 দি গাড়ীনি।

## ইন্টর গ্যালাক্সি কনফারেন্সতা

"নীংবগা য়োৌবগা মান্নবা।

অঙকপা স্পেস সিপ অসিদগী কুমথবগা গ্যালাক্সি অসিগী অথন্নরবা বৈজ্ঞানিক ঙকলেনসনাগা উন্নদুনা পুং অমরোম ৱাবী ৱাত্তায় শান্নরবগী মতুংদা ঙকলেনসনানা ঐখোয় অনীমক্তা খুৎলাই অমমম পী। খুৎলাই অদু পায়বগা অতুম্মক হন্দোক্লে মখোয়গী লোন্দো ইমারোন্দা, ইমারোন্না মমারোন্দা। অসিগুম্বা খুৎলাই অমা পৃথিবীদা পুথোকত্রি। মথংম্মোয়দদি চাউথোকচরি মী হায়বসে লাইগুম্বনি। মীনা ঙমদবা লৈবিত্র ? থা ফাওন খোঙনেৎনরবনি।

মেজেলেনিক ক্লাউডকী মেজিক লেঙ্গু অসিদদি মীপুম খুদিংমক খুৎলাই অসি ইম্ফালদা সাইকল লোইনবগুম লৈনে। মগিং খঙনিংমন্দুনা হুরান হুরান্দুনা য়েংলুবদা মনমদা থাবম্বা "সাইকো লিঙ্গুরা-কটেক।"

খ্বাইদগা হেন্না ইকাইরিবদি মখোয়না পৃথবীবু খঙলমদনা অসিনি। ঐখোয়বু স্পাইরেল গ্যালাক্সিগী মীহুৎ ওইনা অদুমক লৌই।

লমদম তামলকলবসিদদি য়াম্না থাপ্নরম্বা মঙাংসনা অমদি ঐ য়াম্না নফশিন্নরকখি। অমত্তা ওইরকখি। লৈপাকপোকপ অমস্তুং পৃথিবী গ্রহ অনীসিদা চারো মোৌবোনবগী ৱাখল ফাওবা ফাওনরকখি। থোইদোক্লস্তু গ্রহ অনীসিদি ইমুং মচুংগুম্বনি। ঐখোয়না থুংখিবগা অতুম্মক মথং মথং থুংনরুরে এনড্রোমেডা এম 31, বেয়ার স্পাইরেল গ্যালেক্সী, নেবিউলারনা চিংবা থরানমিচাক লৈবাক কয়াগী মীহুৎশিং।

## ইন্টর গ্যালাক্সি কনফারেন্সতা

ঙসিদি মেজেলেনিক ক্লাউড কী মেজিক লেগু অসিদা খঙনদবা খঙলমদবা অঙকপা কয়া কয়া শকখংনরী। ময়াম মরক্তা খ্বাইদগী মতু শোনবা বৈজ্ঞানিকতি ঐনা ওইরুরি। ঐগী পোংজরম্বা পূম্বা পৃথিবীগী চীংশিন্বগী শক্তিনা ( গ্রেভিটি ) অম্মুম্মক চিংশিলহৌরে।

মেজিক লেগু অসিদা কনাগীম্মু অরাবা লৈনদে। মানা মানা হিংলকপা মফমশিং অতুগী হরা নুংশিৎ অম্মুম্মক চুননা থোকহল্লি। নীংবগা থুংবগা নীংবগা য়েৌবা লৈবাকনি।

ঐখোয় পূম্বা 'টিস্যু হাউস'' তা ঙাইহাক পোত্থানরবা মতুংদা গ্যালাক্সী অসিগী অঙকপনা থল্লবা ''ক্লাউডি'' সহর য়েংবা মহৈ মহৈ থোক্লরে। অঙকপা সহরনি। মঙদা থেংনরুবা অতুম্মঙাই। ফুরা দলান খুদিংমক নোংথক্তা শাবগুম কোইতাউ ত উহ। খুৎশেমগী নুমিৎ অমনা মচু মচুগী মৈঙাল পীতুনা সহর অসিবু অমুক হেন্না নীংথিহল্লি। নুমিৎ থা, থরানমিচাক পৃথিবীতা পৃথিবীনী। কলিকাতাগী ''বিড়লা প্লেনেটরিয়াম' অতুমকনি হায়বা য়াই। দলানশিংদো য়েংবদা ঙক তেক-লবোই নীংঙি।

গাইড অতুনা মথং মথং তাক্লি ভূত থাশঙ, হেলোই-থাশঙ, হিয়াং অথৌ শান্নফম কয়া কয়া ... ...। অসিগুম্বা শঙ কয়া অসি ঐখোয়না ঈশ্বর হায়না খঙনরিবা সুপার সাউল অমনা ঙাক্তুনা লৈ। য়েংনা য়েংনা ঐহাক সাইন্স ইনসটিটিউট অমদা থুংলরে। বৈজ্ঞানিক অমা ওইবগী হৌনশা ঐস্যু ইনসটিটিউট অতুদা থোইদোক্না পুক্লিং চিংশিল্লুরি অঙকপা

ইন্টর গ্যালাক্সি কনফারেন্সত।

ইনসটিটিউটনি। পৃথিবীগী মথাদা য়েন্নিং হুন্দ্রিবা কয়া কয়া মফম অসিদা মহৈ চানরমলে। খুৎলাই ময়াম মরক্তগী 'হার্টোগ্রাব' কৌবা অঙকপা খুৎলাই অমা থেংনরম্মী। খুৎলাই অসিনা মীওইবগী মপুক্লিংদা খল্লিবা রাখল পুম্বা গ্রাব লৈইনা ফোঙদোকই থম্মোয়দা রা লোৎপগী থৌনা কনাগীসু লৈতে।

লাইগুম থঞ্জরম্বা তাইবং মীওইবনা অসিগুম্বা খুৎলাই অমা ঙসি ফাওবদা পুথোকপা ঙমদবনা কয়াদা রানরিবা! অরোনবা থবক, রাখল অমদি মীহাৎ মীপুনগী খোদোক কয়াগী অশেংবা মীশক থিগৎনবা হোৎনবদা শীজিন্নথ্রিবা খুৎলাই, পীথকখিবা য়ু, শিজিন্নথ্রিবা সি, আই, ডি, অতুগা পোৎলোইদা পুমশোয়। লমদম অসিদনা শুপ্না সিকিমঙা পীবা খুৎলাই অমনা পুমঙান। ঐম্বু অতুম্মক লৈরে মখোয়দা পীপী লাউবীগুম থন্নরবা খুৎলাই অদো য়াম্না পামজনা।

খুৎলাই অতু পায়শিল্লগা, কোয়লৈ লৈতুনা য়েংবদা বোয়ান অমগী মনুংদা তন্দনগুম লেং লেং চৎপা অরংবা পোৎ থরা উরুরে। করিনো হংলুবদা "খরাইনি" থঙহল্লকই। ঐ শ্বাই লাউই!

থরাই! মীওইবগী থরাইবু য়োল্লবা!! কয়াম চাউথৎ-লমলবা!!

পৃথিবীদনা ঙসি ফাওবদা মঙলান ওইনা লৈরি, থরাইদি শক্তি অমনি উবদি ফংদে। বিজ্ঞান লোইরে। লমদম অসিদনা বোয়ান্দা হাপ্পুনা য়োল্লি। কয়াদা খেন্নরবা মসিনা বিজ্ঞানগী ঙমখৈনি হায়বা য়ারে।

থরাই লৈবা য়েনবা ফংলবা মফম অসিদদি শিবা হায়বা রাহৈদো মখোয়গী ডিক্সনারীদা অমুক হাপত্রে। অঙকপনি ! অঙকপগী লৈবাকনি।

অসুম্না ঙকচানরিবৈ বিজ্ঞানশঙ অতুদগী মপুক্তা থোঙ ফাংপা মী অমা থোরকপা উরম্মী। ঐ মাবু উবদা অমুক হেন্না ঙক্লম্মী। নত্তে, মখোয়সিবু রা ঙাংবা রোবোট ঙাক্তরা? চিংনদবা ঙমদে। ঐনা গাইড অতুদা হংলুবদা মহাক্না অমুক মপুগী থোঙ অতু য়েংহন্দুনা হায়রকখি "লমদম অসিগী মীওই খুদিংমক থোঙ অসি ফাংনৈ। মসিনা পুক্কী লৈনা খুদিংমক থোঙ অসি হাংদোক্লগা লাইয়েংঙি। অদোমসু পাম্বীববদি য়াগনি।

খন্না খন্না ঐসু অতুম্মক পুক্তা থোঙ মচা অমা ফাত্তোক্লম্মী। য়াম্না লায়না ফাংপা য়াংনি। করি অমত্তা খঙদে। খুৎ নানবা উ শৃবনা আলমিরাদা মিনিবক্স কী থোঙ ফাংপগুম্মী। থোঙ অসি ফাংলুবদগী পুক মু'শিং কাবা থীবোং থীরিন্দা য়েকপা থীনবা লোইনা শাই মাঙখিরম্মী। কয়াদি নুঙাইখিবা।

বিজ্ঞান শঙদগী অমুক থোরক্লুনা সহর অতুগী অয়াম্বা মফম য়েংলবা মতুংদা অরোইবদা শায়োকশঙ য়েংবা চৎলম্মী।

'ইন্টর গ্যালাক্সী জু'' নি।

পোকপদগী উরকত্রিবা জীব ঙাক্ত লৈরম্মী। নোংপোক নিংথৌ, মহাদেব, জগন্নাথ মানবা লাইয়াম কয়াসু জু অতুদা লৈরম্মী। অনিংসু নত্তনা লমখন, রাখাতাবী, লাইমু-লাইডৌ, হেলোই, সনামহী অপোইবনচিংবা কয়া কয়ানসু জু অতু

অকি তুজুংবা পোকহল্লি। পৃথিবীদা অমুক্ত খুয। যৌক্তবনি হায়তুন। ঈবাংনরিবা, থেংনদ্রবদি ফগনিদা। খল্লম্ব ভূত-প্রেত কয়ানি লৈরিবা জু অত্তুদা।

লাই থাজদ্রবা বৈজ্ঞানিক অমগী থাম্মোয়দস্মু অসিগুম্ব স্পিরিট কয়া অসি থাজদবা ঙমলমদে খল্লম্মী—

ঐসিমক ভূত প্রেতকী লৈবাক অমদা লাক্লম্লোইরে হায়তুন

অম্মুন্না যেংনা যেংনা লাকপন। মমৈথংদা জীব অং উকবদা ঐ শ্বাই লাউরম্মী।

"জু দবু তাইবংমী থমলবা!"

গাইড না শক তাকই,

"জীব অসি নিংথৌ তুবেল (মিলকী ওয়ে) হাযন খঙনবা থরাম্মিচাক লৈবাক্কীমনুং চন্না সৌরজগংকী অংশাঙন উমং অমদগী লাইচলনা চেল্লকপনি।"

যান্না লাংতক্লনা চঙশিন্দুনা যেংলুবদা, চহী কুন মমাদ খুমনদগী নোংমা নুমিদাং মমানা ফুবদগী মাঙখিবা ঐখোযগী হেঞ্জ নহা ওইবমলে। মাদি অঙাং ওইনা অতুম্মক লেরম্মী

আ-সোম দা খুন লুপ্পা পুং-মাঙ্গং যৈতুনা মাবু থীবদ ফংবা লৈখিদ্রবা! কাইনথংদা শিখ্রে হন্নতুনা "কুশ পুত্তলীকা" শাতুনা মৈ থারগা শ্রাদ্ধ শোনথ্রবনি। কাউবা ঙম্নদতুনা রারী ওইনা ঙসিস্মু লীনহৌরি।

নুমিদাং অঙাং ফুগন্নু হায়তুনা অহল লমনশিংনা নচা-মমৌ রারকনহৌরি। অতুগা মাদি মফম অসিদা নীংঙায়দনা লৈরম্মী

ঐবু উবমত্তদা কৌরকই, "লৌরেম্বা! নঙ কমদৌন লাকই?" খল্লি ঐবু চহী কুন অসিদা করিমত্তা হোংদ্রবরা?

খনবা নঙদে মানা সিকি মঙা পীবা খুৎলাই অদো উৎলকই।

কনফারেন্স ফমংগদবা মুমিৎনি।

গ্যালাক্সী কয়াগী মীহুৎনা হোল অদো থমচেৎ শানা ত্তিল্লে। ডাঃ ঙবলেনসনা মখোয়গী গ্যালাক্সীগী বিজ্ঞানগী খোঙথাং অমদি পান্দমবু রাংনা পুখত্তুনা রা ঙাংলি।

"পুক্ত খোঙ ফাৎপা অসি ঙসি ফাওবদা গ্যালাক্সী •ৈঃদ পাংথোকপা ঙমদ্রি। এখোয়না পুথোকলিবা থরাই অসিনা মহাজগৎ অসিগী মফম খুদিংদা থাত্তুনা মীয়ামদু মীপাইহল্লি। লোয়ননা গ্যালাক্সী খুদিংদগী ঈ পাউ কযা কয মখোযনা থারকই। এখোযগী রাথল-শক্তি (উইল পাউ রাবী, না নীংগা যোংনা হাল্লি। মখোী ভাবা মতুং ইন্না ঙইনিংবা শকনং লৌবা ঙম্মী। থোংদোক্লা থরাই যাঙদ্রবা হকচাংদ চংখিত্তুনা জীব অত্তবু হি গংহল্লি তৌবংদি জীব অত্তুগী মশাগী রাথল পুম্বা মাংখিত্তুনা এখোয়গী রাথল মতুং ইন্ন মখোী পাংথোকই। মসি পুম্বা এখোযগী "থরাই-লাক্লশঙ না লাকশিন্দুনা থম্মী।"

ডাঃ ঙকলেনসনানা হাংলিবা রা সরক থংনা এনা হলুই, "মখোয়গী থরাই অসি এখোযগী পৃথিবীদকাদি থারকপরা ?"

"কবিগী থাদনি।" শম্মা খুম্লকই।

"কবম্না ! ?" য়াম্না ঙক্লা মখা তাথকই।

মানা য়াম্না চম্না পাউখুম পীবকই,

"পৃথিবীদা লৈরিবা লাই-তীন, ভূট প্রেত পুম্বা থরাই অসিনা ওননি। মখোই অসিবু সুপার সাউন হাযনা খঙবৈ

খিবা মোইরাং মাইবা হৌজিক্কুদা মঙ্গন খঙলকই। ডাঃ ঙকলেনসনানা ঙাংবা লোযরবদা এনা অমুক মীওইবগী বিজ্ঞান অমদি মনো-বিজ্ঞানবু চাউখৎহন্দুনা মখোয়গী স্পিরিট খুদিংমক মাংহন্বা অমদি ফাহুনা শিজিন্ননবা অচেৎপা থাজবা থমলুই। লোয়ননা য়াম্না শাউনা মখোযগী মীনুংশি খঙদবা পুকচেলবু তুক্কৎচবা উংথি। কন্না কন্না লাউকই—।

মীবু জুদা থম্বা য়ারোই। মীদি মীনি, শা নত্তে। হেক্কবু হৌজিকমক শায়োকশঙদগী থাদোকপীগদবনি। নত্রবদি চসিগী কনফারেন্স অসি বোযাকোৎ তৌগনী।"

অম্বুম্না কন্না লাউবদো তাইবংদা ফাওখ্রবা করিনো ইমান· হকচাং নোমল-নোমলহুনা হৌদোরকই,

"লৌরেম্বা ; লৌরেম্বা।"

মীৎ পাংথোকপদা ফমুংদা হিপ্পুনা লৈরম্মী। ঐ পুন্নমক ঙকলম্মী।

"ইস ওন্তোকপা মঙ অমা মঙলুইদা!" খল্লিঙৈদা ইমানা হংঙকই "করিগীনো অতুক শাথীনা লাওরিবদি?"

এনা খুম্মি. কৈস্ত তৌদেদা।

খল্লি, মঙদা লাওখিবদো তাইবংদা ফাওখ্রবোইরে। □

পাবানা মক্ত কোকতুনা লাকখিবা নুমিৎ অদো এংেগান্দা চাউরবা রাহুং অমা ওইখি।

রাহুংশিং অদুগী চপচাবা পাউখুম ফংখিদ্রবদা খঙনিং-থৌজিনননিংবা অমদি অস্থন লেরম্মী।

ভিক্ষানিবা অমা লাকপদা নোংমতা ভিক্ষা পনখিদনা পাবানি অদুবু নুমিত্তু দগীদি ভিক্ষানিবা উবা যাখিদ্রে, অসিনক এগী রাহংগী মথকতা রাহুং অমস্থ ওইবকখি।

নোংমনি। নুমিৎ অদুদি কাউখ্রে। এখোয পাবাখোযগী অফিস মনাক্কী পান তুকান অমদা ক্কা চারি। পৈশা অচোয়না লৈনদবদগী মফম অদুদগী থোইনা লাপ্পুনা লৈবিবা খোংনাং খোঙদা ফমতুনা শেল-নীরিবা ফিডাং শেংপা মিওাংবা লম্বোইবা অতন অত্নদা কায়খোকলুগে তৌবদা তুকান মপু অদুনা থিংডি,

"মখোয়সে তুরানবনি কায়কন্নু। শেল খজিক্তুং অদুবু লো মা পীরবস্থ য়াগনী" তুকান মপু অদুনা থৌজালগা লোইননা হায়রকই, মাগী রাহৈ অসিনা এগী রাখলগী রাংমদা করিগুম্বা থরদি নৈরমনী হায়বসি এ থন্থদবদি ঙমদে। থন্ন থন্না নুমিং

কয়া তৌথ্রে। পাবাস্সু নোংমদি লায়না লায়শক কয়া চঙ-শিল্লক্তুনা মরোন থোক্কবা মখৈ তাইবংপান ৱাংমদা পুবিথ্রে। মসিনদি ঐগী নুংনাংবা কোকপদি ঙমখিদে। থোক্তদোকপা পুক্রিং ফাথজতুনা ইশাবু ফজরবা লমচং অমগী শঙ্গম শাগং-চরগা পান তুকান অমদি লম্বোইবশিং অতুগা নুংশিবা মরী অমা থম্মনবা হোৎনরকখি।

ঐনা লম্বোইবশিং অতুগা নকশিন্না চিন্নবতুদা নোংমা পান-তুকান মপুতুনা পেঞ্জদতুনা হায়রকখী, —"তামো ললিং, যারবদি লম্বোইবশিং অতুগা য়াম্না নকশিন লাকশিনগন্নু। খুদোং খিবা থোক্রকপস্থ মথাই মাংলমচঙস্থ অহল অমবু মখোয অতুম গী খুজিল হৌৱাংদগী শেল লাকপা তাহনবিখি অমস্থং মীয়াম চঙতুনা যেংহৈদা মখৈ ফুবিখি। অতুদস্থ পেন্দ্রতুনা মক ফাঙবা কোকথোকপিখি হায়নৈ। অহল অতুদি মিত্তাংবা অতুম অসিদা অফিস কাবকপা খুদিং শেল কৎচবা য়াংনি। নুমিৎ অতুদি মনাক চঙশিল্লুবগা অচোইবা যাওরমদতুনা মিওাংবশিং অসিদা অচোইবা যাওবমদ্রে চাম চংপী ওইনা লৈবে, হল্লকপদা থাদজরমগে হায়জবা জাৎনি। অতু তামোস্থ খম্মতুনা যেংবিয় চাম-চংপী থুগায়তুনা চাকনীবদা শেল হাপ্পা হায়বসে অতোপ্পা লেবাক্তদি চংনবস্থস্থ মথাই অতুবু মসিদদি নত্তে তাঞ্জা চাবে থন্দুনা মিহৌচাওবা মিত্তাংবশিং অসিনা মখোয় মশেল লৌতু নবগা 'শেল লাকথ্রে, শেল লাকথ্রে' হায়না কোযলাও লাওবদগী কদোমদগীনো খঙদে, য়ু ভাওবা গুন্দা অমা ফুজিল্লক্তুনা অহল অতুবু ফারগা মক কোকথোকপিখি হায়নৈ।

অয়োম্বা রাহংগী অয়োম্বা পাউথুম

শাংলবা নীংসা শ্বোর অমা হোন্দোক হোন্দোক্না এনা হংজি. মুপাদো মশক্কদি খঙব্রা?

'খঙজদে। মতমতুদি এ তুকান হাংজদ্রি মীনা ঙান শক্কবদা তাজহৌবনি।' এ মথা অমুক তারমদ্রে ন্নমিং অতুদগী মাবু থিবা হায়বসি তঙায়ফদবনি খল্লে।

তুম্বা চাবা নিংশিংদবা মখে মাবু থিবদা মঙং মঙংগী সঙ্গ তৌবা শেল পীজদুনা লোন্না লোন্না পাঙ লৌবা খুন্দ ফম্বা হৈনরকলে। তশেংনমক এসে ওক্কবশিংদা চল্লে।

নোংমদি লাইকু অমদগী এম্ম খুন্দা ফমলি। থংনবা কাদা নাপল অমগা ইরোয়নতুনা খোঞ্জেল য়াম্না লাউবা শাথি,

"হে করিগী পৈসা? হিদাক থকপবু পৈসা তিংব্রা? এবু মশক খঙনিংব্র'" নযুমসে মৈ থাদোকউবা, হা? নত্রগা মীযাম মাদা নক কোকনিংব্রা এ মন্ত্র' সনানি খংঙু। ন্নমিং অতুদি এ লোন থাক্কবগুম তুমিন্না য়েংহৌই।

মতু'দদি মা-এ ইতং হেক তভুনা' ফম্মিন্নরক্লে চাদি-ন এনা অয়াম্বা ওইরবতুদদি অহোইনতুম এবু পোকমিন্নবা মন'ওদগীম্ম হেন্ন' ন্নংশিরকখি।

মিত্ত'বা সাধু অহুম অতুগম্মু চুশিন্নতুনা খোনা খোং অসিদা শনি-মন্দির' শাগৎপগী থৌবাং অমা লৌখৎচবে।

মন্ত্রী সনা অমম্মুং লম্বোইবশিং এগী শুম্মাংয়াইদা পংথবম্মু মখোয়গী অচেংবা ফংদবনিনা মহৌশাগী মহৌশা ন্নংশিনবগী ঈচেলদা অতুম্মক চেন্থমিন্নরি।

কালেন থানি। থৈবোং, হৈনৌ মুন্নরকপ মতমনি।

তিঙ্গাং কাঙ্গোংনা উপাল অমদগী উপাল অমদা কোইনা পাইদুনা থৈবোং .হৈনৌ মুল্লে পাউজেল্লী। এঙোন্দদি তায়ন্ননা নাপ অনিদা 'কৈ-দৌ-র-গে' কৈ-দৌ-র-গে' হায়বগুম হাগল্লি। খোঞ্জেল অদুনা এবু অঙকপা থৌনা অমা হাপকৎলি। উখা-রাখা কোয়চৎ চংদুনা উচেক অদুবু উননবা হোৎনকুবদা খেবোং অমা মুন্দূনা চেকখায়বদো থেংনকরে। মতু হেক ঢকপদগী রাখল অমা লাকুনা খুদক্তা খোংনাং মখোংদা চৎতুনা ।ঙাংবা অগুম অদুদা হয়েং এখোয়গীদা লেঙবিরক্কবা য়াদে হায়দুনা বাওন কৎলে।

"খোইদোকপা ঈরাৎ-পূজাগী নৎচদে। ইপানা থারম্বা থৈবোং অমা অহানবা ওইনা পাম্বাদা মুল্লম্বদুদা। ঈশ্বর অমাদ সাধু সন্তশিংদা কৎচনিঙবদগীনি।"

সাধুশিংদো পেল্লমালে নোক্ল নোক্লদুনা হায়রকই— ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবত. কৎপা হায়বসি থক লেম্না মাংদে।

মন্ত্রাসনা উন্নবা চৎলে। খঙন তিন্নরকলবা চাকচা ফমফম তিন্নরক্লবা মীদ খাবম্থ খোইনা রাদে। মন্ত্রাসনা মপাং কনা য়াওদনা মমাং মনা উহখবা মথৈ নদোম চিংদুনা লৈরম্মা।

" তামো তস্থায় অমতংগা ... .. . .. ।"

" গুরুসি, ঙসিদি এ য়ামনা ভাওরে। খুন্দা কুইনা ফম্ব। ফৎত্রে। থানানা মরোল অমা এগী অচেংপা থীদুনা লোরি।

"তামোনা ময়াদ্রবনিনা তঙাইরনি। অদো মতম খুদিংদা ননাওদি তামো লৈ হায়বা কাওজদে।"

"করিনো ? ইনাওগীদমক্তদি ইয়াম্বা লৈরিসিদি । ইনাওনা হেক্তা নিংশিংঙকউ লোইবে ;"

মথংগী নুমিৎনি । য়াচংঙকপদা লম্বোইবা অহুম্মক লৌক-তুনা কা অমদা লেমনা ফমগন্দুনা থৈবোং পীজরে । অহান্বা পাম্বগী মহাওদা ঙাওরবা নিংতাংবা পুকফংত্রবা লম্বোইবা অহুমমক শিরমদাইদা মৈরাম্বীনা মৈ থীবগুম হংলি. লৈত্রবা ?

মতুং তাবদদি ইশামক্লা থম্মোয় শোক্লা হু তৈশিল্লগা থৈবোং পুম্বা পুথোকতুনা পীজরগা থোঙ লোনশিন্দুনা থম্লে হুগী রাখল চেল্লবা মিত্তাংবা অহুম্মক হু পীজতুনা হাত্তোক লমলগা মোংহাদনা অমম্বা লক্তা মম্প্রীসন। উনবা থোবকলে

মাদি হিদাক ফনা নীংথিনা থক্লমলে । ঐম্ম মনাক্ত চঙতুনা ফমলে অতুগা তপ্না তপ্না হায়জে ।

"তামো ঙরাং ঐনা নিংশিংজবদো ।"

"করিনো ? থবক্তি ইহাইহেক হায়দে ।"

"মৌ তাখিনি লম্বীদা চিক্লা হায়জগে ।"

"সে চৎলসি — । আ— মপুম অমত্তংগা ।" ঐখোয় অনিমক হিদাক থকফমদগী থোরকলে । চৎনা চৎনা ঐনা রারী কয়া তৌজে—

"ঙসাইদো লম্বোইবা অমথক ঐগীদা থুংলতুনা চা থকতুন পোত্থারগা নুংখিল পোবোপতা প্রেসাররা করিনো খঙদে ফমুদ শিতুনা লৈরমলে । থানাকা খঙগ্রদি রা থোক্লরনি । তামোনা সিমতং বোরাক্তা থাদবিদ্রবদি ননাওদি খুদোং থিবগা মায়োক্লবা শোয়দ্রে ।

ননাগী অমুক্তা কনবিয়ু।"

"ধৎ তুগীবু অদুক কিত্রা।"

"ঐ কোন্থোং মপানসিদা লৈরমগে নঙ অশিবদো পুথো বকউ। অসুম হায়দুনা য়েপকপা লীক্লী পায়খৎখ্রে।

ঐসু কাদুদগী অশিবা অমা পুথোক্লুনা মনাক্তা থমলে। মন্ত্রীসনানা অশিবা হকচাং অদু লেংথোংলদুনা বোরাক তুরেল তনখ্রে।

মানা চৎখিবা মরক অসিদা অশিবা অমমুক পুথোক্লুনা হান্নগুম থমলে। মন্ত্রীসনা থুংলরে,

"ললিত য়ারেদনা।"

"করি রানো তামো? অশিবদি লৈরিসিদি। তামোদি অদুম চৎপিগ্রগা।"

"হঁ। কবি হায়বা" হায়দুনা নোস্থদুনা য়েংঙগা হায়বকই,

"হৈহে হে, অসিনিদো। হিদাক ডাওবা হায়বদো" হায়না হায়না অশিবদুমসু পুথিদুনা চৎখ্রে।

"তস অমতা ডাযরেদনা।"

মতমদি নোংঙাল্লমদাই য়োৌসিল্লকলে, অমদুমসু পুথোক্লুনা অমুক থমলে। তামো মন্ত্রীসনা হল্লক্লুনা লেপ্লরে।

'ললিত, ঐ চৎলগে য়াম্না রাবে।'

'তামো হিদাক ঙাওবিরবনিনা হায়জবসিদি পাংথোক-পীরমদ্রে। ননাওনসু পাংথোকহৌদা। ননাউদি হয়েংদগী জেলগী চাক চাবা হায়বদুনি।'

'ললিত নংনা ঙাংলিবসে নয়াম্বা ভাব তাদ্রে।' হায়দুনা

মথাদা য়েংথৈ-অশিবদো হেক উবদা 'ললিত অশিবসে অশিব নত্তে শিসিন্নবনি মসি তুবেলদগী অমুক চেনখংখিত্না মফম অসিদা বেতাল পঞ্চবিংশতিগী অশিবা অতুম্না হিংবা জাংনি। হন্দক্তি খুং চাবা চৈ অমত্তং পীযু হায়দুনা চৈ অম পাযত্না, খওগনি মতাগুম অশিবা অদো লেংথোক্নখ্রে।

'তস অসিনিদনা' হায়দুনা নীংশা অমা হোন্দোক্লনা যুমদা চঙহৌরে।

অসোমদা মন্ত্রীসনাদি অশিবতু তুরেলদা থাদথ্রগা চৈ অত্ত খুতুম চংনা পায়দুন কম্বা হিদেন তাফমদা অমুক হিঙ্গৎত্নুনা কাখিবগে য়েংলি

মতমতুমক্তি অহিংগী মতম লোইশিন্নক্লত্ন, নোঙাল্লকপগী মমি তারকলবা তাঙ্গানি যাহৌ ওব্বা অহনশিংদি ন্নুপী অঙাং কুমনদ্রিবৈ হকচাং শেংদোক্লনা ঈক-মাযথঙজনস্সু মহাওবনা! মন্ত্রীসনা অশিবা শান শানতুদা হিদেন শাফম মবী মঙা লান্তরকলে। হিদাক লোথবকপগী হৌনবা মিং পাংনি বোহ পাংনীংদবোই অহিং তুমহন্দবগী লাকচখিবগী নুঙাযওবা কয়, অসিনা য়ান্না মুন্থবকপা শাঙ্গানি কারগে খন্দুন মায লেপ্থাব কপদা মোংশোংলক্তা অহল অমনা হৌগৎলকপা তাঙ্গা মায়োন্নকবে। মন্ত্রীসনা ফও শাওখিত্না খওগনি মশাগুম ব্রাহং পাওহদনা অহল অতুবু অশিবনা হিলকপনি খন্দুনা চৈ অতুন মকোক থুগাযত্না হাত্তোকলে।

মাগী চৈফুদা লাওবম্ব' অহলগী মখোল তানবত্না লেবক লৈকাইগী মী পুম্বা চেন্থোক্লরকতুনা মন্ত্রীসনাবু থুদত্তা ফাতুনা

শিবা মচেৎ খাক্না ফুবিরে। মানা ফনা লাওজৈ, থায়জৈ 'অশিবনা ওনবা ভুটনি। অশিবনি'' অদুবু কনানদি ভাবিগনী ঐস্মু মুভায়তবা অমগা লোয়নন মাবু মক তঙ্খায় অমা কোকথোকপীরে, মকোয়স্মু তঙ্খায় অমা ফান্দোকপীরে, অদুগা থাঙ্গা য়েংতুনা মনাকোং ময়াদা নিংশিংঙী।"

"অদুগী নঙনা ঙম্ব মখৈ ফুবিরগা মক কোকথোকপীখিবা মুপাদো অতৈ কনাস্মু নত্তে— এগী ইপানি।" □

( ৪ )

বোরাক তম্পাক্কী অরাং ডুমথৈবা ডাকশেন্দন লৈরিবা চৌশাং অসি বোড়াইল চৌংনি বেংচু ইলগী রাহংদোকাকী অচৌবা চৌং হাইবনি। ইতিহাসকী [illegible] [illegible] বয কয়া পাল্লমলনস্ত ওসিদি আসাম লৈবাক্কী মপু চল্লবে চৌংশাং অসিগী মশাইকোন্দা অঙকপা উলংবী লিন-কাচ ফাতুন চাব, সনাপুল পাম্বী কয়া কয়ানি। খুংশেম, অমদা মঙ্গৈ গী শান্ন·ম্পাক হাফলোং সহর, চৌংগোন অসিদা অনৌশু। শিলে ংনি মালেম মফম কয় কযাদগী যুমহো [illegible] ইচেকশি খুনদিনলতুনা থরাই কংলবিবস্তু চৌংগোন অসিদনি। মহাযজ্ঞ অসিগী লৌখুন ওসি ফাওবদা বৈজ্ঞানিকশিংস্তু রাহংদা লৈবি।

পীকলিইচেদগী উরকলিবা অরা চৌংশাং অসিগী ফিবক হাংতুনা যেংনিং-খওনিংবা অনদি লৈখি।

নীংবু নীংলবদি থুংই হায়বগুম হাফলংদা ওবা ওইদিন মরূপ বীরেন্দ্র কাংজীয়ানা হন্দকতি চৎতবা য়াদে হাযতুনা কন্না ·কশিল্লকপদগী চৌংশাং অসিগা শকখঙনবগী খুদোং চানবু লৌজখি।

## উচেক খুনদিনফম লৈবাক অতুদা

১৯৯০ ইং ওকটোবর তাং তরেৎ নোংমাইজিং নুমিৎনি। অযুক পুং ৯ তারকপদা সনা লৈবাক্কী নোংচুপ খোঙদাফম লক্ষীপুর সহরদগী বাসতা শিলচর য়ৌরকখি। শিলচরদগী অমুক হাফলোং।

ইনাও প্রতাপ শর্মাস্থু মমান্নবশিংগ হাফলোং টিকেটকীদমক কিউদা লেপ্লম্মী। মখোয়দা ঐখোয়গী থৌদাং শিন্নরমলগা মেগাজিন অম-অনী লৈরমই। জার্নিগী অরা পোত্থানবদা খ্বাযদগী মতেং পাংবদি লাইরিকনি।

'টিকেট ককপীবগী চা অমমমদি থকউসিদনা ?'' বীরেননা নুপীমচাশিংদুদা হায়জরমই, য়ারে য়ারে হায়রিদুনা হেন্না পেল্লে। যাম্না নীঙ্ময়লাইদবা ওইরবদি অঙাংবা হৈ অনীতং লৈবিরকউ। প্রতাপ অমস্থুং বীরেনগা লোইননা ঐখোয় অতুম আপেল খরা লৈরিবেদা তারনা শাবা পোলাংখরা পোৎয়োননা অমনা হেক হাৱৈ। বীরেনগী হৌনবী তাপ তাপ পায়দুনা য়েংই।

'কোতো ?'

'কৈদৌনগনে ?' ঐনা হংঙি।

'ওঝা নরেনগীনি, য়েরুম হাপ্পবা।'

'ওঝাবু ডুকানকস্থ ফম্বরো ?'

'অং'

খল্লি, লমদম অতুদস্থ ওঝা ওইবতনদি হিংবদা রাবা জাৎ ওইরে।

'বোড়োতা পায়ত্রিশ, ছুটোতা বারো।'

'না, না, বিশ আর ছোয় টাকা লো।'

'বাবু আরো একটাকা, গরীবে মারিওনা।'

উচেক খুমদিনফম লৈবাক অতুদা

'আমরাওতো গরীব শুধু তলবে সংসার চলে না' অচ্ছা অচ্ছা',-নমস্তে।

খরা ওইজনা ফংহৌরে খল্লিবা ঐখোয়গীশু অতমমক খরদি কান্নরমগনি।

'অনী লৌরিসিনা করিগী— শর্মানা হংজি।

'সাধুনিদনা অচৌবসিদা য়েকম হাপ্লগা মচাশিদনা লৈ হাপ্লুনা ঈশ্বর সেবা চঙনবনিদনা।' ঐগী রাঙাংসিদা ঐখোয় অহুম নোকমিন্নে।

নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং অমা মখাই হারকপনা অঙাংবা বাস অমদা তোংলদুনা ঐখোয় পুম্নগী খরাইবু ড্রাইবর অমগী মখুবাক্তা শিন্নদুনা হাফলোংগী দমক তরেং লৈবিগুম চাকশিনখি

কিলোমিটার তঙ্খায় অমবোম শাংবা সদর থোং তুংওই নরম্লগা নোংপোক পাংনা ঙাইহাক চেল্লমলগা অরাং নোংপোক্ত থেকচিল্লক্তুনা নুংথিল পুং অনী মখাই তাবকপদা উধাবাবেন য়োরকখি। বাজার অসিদা লমদম্বা তৌদনা নোংচুপ পাংনা চেনখৎলকপা মক্তদা "কাঁচা কান্তি" হৌমানা ঐখোয় খ্বাইগী য়াইফ মিৎয়েং তাবিদুনা লৈবশী। 'কাচা কান্তি মন্দির অসি কাছাড়ী নিংথৌ গোবিন্দ চন্দ্রনা, হাকতকতা লিঙখৎলমবনি মফম অসিদা মতম অমদা মী কাওবা বনি। কংতুন ইবং থৌনিরম্মী হায়নৈ।

ইমা কালিবু খুবমজবমলগা ঐখোয়পুম্ব' ডোলু চা কোন নুংদা চংশিল্লকখি। চা কোন অসি মহৌশা অমদি খুংশেমগী অপুম্বা শকতমনি। দৃশ্যশিং যেংনা যেংনা লাকপনা ইনক নরু। চা হেক্তুনা লৈরমলীবিশিং অদু হেক উকবদা।

মখোই অসিনা সিনেমাগী চাহেকপী হিবোইনকা ওইহল্লবদি হেবোদো ফিলম কুমউকা যাবোই হৈ।”

ঐগী রাহৈ অসিনা মা'দা ফমলিবী ইচল অনীদো নোকমি নোকমি তৌবম্মী।

অম্মুন্না অমা যেংলে অমা খন, অমা উকই অমমুক নিংশিং তৌদুনা চেন্থবকপনা নুংথিল পুং অল্লম মখাইরোম নাবকপদা যৌবল্লে কাছাডীশিংগী বিজযনগর। তমগী ওমখৈ, চীগী চীংখোঙ। লোযালম অসিদগী অবাং পাংনা নুংচেৎ নুঙ্গাযবক্তা চেল্লকুনা বালাছড়া চ কোন, অতুদগী বন্দরখাল বন্দরখালদনী বোবাক ফম্পাক্কী ওবোইবা বিদায পিবমলিবসি বন্দরখাল অসি লান্থোকপমক্তদা মযেক খবনা ঐখোযবু ফবাম্না ওল্লম্মী।

‘Welcome to N C Hills”

চীঙনম্বীদ' লাকপনা ম'পুম খুদিং চোকথনখমই। নুপীমচ অনীদুদি মপুক লামমবরা কবিনে ওসাইগী আপেলদো লোন্না। লোন্না চীল্লি।

লম্বী থোঙ, চীঙজাও নাউপোম, উপাল বাপাল, যেৎলিনা উরী বাবিশিং অতুনা ইম্ফাল জিরি লম্বীসু নহৌননা নিংশিংহল্লি ‘যংউ যেংউ স্নাইসে যোং মচা মচা যাম্না নপ্পনি।’ মেগাজিন খুমজিন্দুনা বীবেননা হাযবকই। ঐসু কোইযেং কোইযে যেংলুই অতুবু অমত্তসু উদ্রবদা।

‘নপেদা’

হিমালয চীঙজাওগী চাদা নাউদা ওইনা শন্দোবল্লিবা

## উচেক খুনদিনফম লৈবাক অতুদা

সাহেবনিনা ! মখোযনা ঙমদবা করিদি লৈরম্মী। অতুনবু ভৌজিক ফাওবদা অচৌ-অশাংশিংবু কুচু মুরবসু সাহেব কৌনবিদনা। অদো, বীরেন, শশেংবা সাহেবতি মরিন পানবা ঙাংনি। বৃটিশ সম্রাজাদা নুমিৎ তাহল্লমদে। ঙসি, মখোয়গী মখা পোন্দ্রবসু ইংরেজী লোল অমসু বিলাতী রাহৈ গী মীনাইদি অসুম্মক ওইরগনি।

অসুম্না ঙাইহাক নোক, ঙাইহাক রাখল নীঙমদবা, পুক্লিং ঙংশিবা, রারৌবা কযাগা লোইননা চেল্লবপনা যাচংলকপা মনমদা লুনা-নান্না শাববা লাইশঙ অমগী মনাক্তা গাড়ী লেপ্লবে

'শিব মন্দিরনি' গ্রীকশিন শাবা মাল্লি। য়ুম্নাক নিথু যাকৈদ্রোমনা চোইজ'ইননা খুন্দানরিব, আসাম ষ্টেট ট্রান্সপোর্টকী ঙাইহাক লমদনফম ওইবিবা লমদম অসি হাবাঙ্গাজাউনি দুরেনা রাংমদন হারাঙ্গাজাউ রেল ষ্টেসন ওইরি। চীঙ্গোং ওইবনসু গ্রীব কেম্প অমা লৈবতুন পুক্লি গী অকিবা খরদি শেল্লি

ঐখোয অতুম কুমথতুনা টোটিগী ঈশিংনা মাই-মিং শাখোক্রগা চা'-হোটেল অমদগী চা-অমমম লৌরম্মী।

চা পীনা পীনা মপু অতুনা হংলকই

'ঔর কুজ চাহি এ'

'কুজনা নহী মগর উস হৈ ?'

মগী লোংদাসিদা মহাক তিংঙক মাইঙকনৈ। প্রতাপনা শং হংলকই।

'উস মালুম হৈ'

'নহী।'

'উসকা মতলব লোকেল পানা।'
ঐখোয় অনীগী আর্ট একটি অতুদা মাংসু ভাব তারকতুনা হায়রকই।

'সাহব! ইধর নৈ মিলেগা।

চা থককফমদগী থোরকপমক্তদা — 'হাওখিদ্রেদা সনা, শেং মাংনবা থকপা হায়তুনি' বীরেনন য়াম্না শাওনা শোল্লকপন্থ ঐঙোন্দসু ফাওরকই। অতুবু কমদি তৌনি হেৎনিনবা রাংলন, সহবদগী তাম্নকলব চাঙ্গোয়কসিদা খুংগংগী কবন্বা অহাওবদি য়োৗরকপা ঙমগনি

'হাবাঙ্গাজাউ তায়বনসে হাবাহৈয় হাও হায়বনি নহানমগৈ নঙ খঙলমদ্রিবগ্রে মতম অসিদনি প্রতাপনা শিথ শিং নোকখিবা।

মিনিট তরাথুক মশ্লসলগা, হেন্না নর্রন ভাংশ অমনা অম্বুক মাংজিনথান, হাবাঙ্গাজাউ তুংওইনবন্সী মতম অমা কোরবো মণ্ডাল শামখিদুনা পাইলনপালসে অমম্বন লোক চনশিল্লকলে

'ইমা! কবিনে সিদি ইরোইদি না। অম্বুক যাম্না লংগী ইরোই অসিনা গাড়ীনা ইন্তববদি লোইরেদনা!'

'যুনদা লোইনবা ইরোইশিংনি লৌউ পান্ত লোইদুনা থাদোক্লবিবনি। তুযেং কুম তৌবকপদা থমুক চনশিল্লকগদৌবিনি

প্রতাপকী র পানদা ঐ নে পাই। কয় পা হন্নারন ঐখোয় লমগা।

চহী মনিফু পাল্লকপদা ইপাদো চসি ফাওবা যণ ইরোইগী শজিক কোকহো থাব ঙমদনা লৈবি। থল্লিবৈদা মমশিল্লরে

উচেক খুনদিনক্ষম লৈবাক অহুদা

প্রতাপ্পা নোক্র নোক্রদুনা শেংদোকই, "রাস লাইটনি ওঝা, মফম অসিদনী মালেমগী উচেকশিংনা খুনদিনলরিবাদো। ওক্লোবব, নবেম্বর মতমসিদা হেক হেক রাহুং পরিবা। রাস হাউন অনিনি

নীংজবমবা আশা থুংলগনি খন্দুনা থোংনাওদো। মং চাংদোকই। মৈতালদো চিংনা যেংঙি। মাস্তু লেচিল্লক খাজগুম অমুক ঙন অমুক লোং হেক হেক পোই।

অস্তুম্না খোবাং খোবাংনা নুমিদাং পুং ওংং মখাক যৈরকপদা থুংলখি মালেমগী রাহং ওইবিব উচেক খুনদিনখম লেবাক — — জাতিঙ্গাদা

মিটর চাওবেৎকা কুনথু। তক্কক (৭৫৬) বেম রা পন জয়ন্তিয়া, কাছাড়ী, গারো অং কয়ান খুনদানবিন বং কিলোমিটর অনী বোম্না কোম্বা চী গোন অসিন লেংনিন উচেক খুনদিনলবগী অমদি থরাই কখোক্লববগী মহৌশ থৌতোক অসিদা মপু মাগী কবম্বা মীচৈ অমা লেবিবা। বৈজ্ঞানিক কয়ানা খোঙ্গনা লৌরি। মীওই কয়ানা বাবীনরি ওসিস্তু।
অহুবু প উথুমদি কদায?
মফম অসিদ। মায়থীবি কুনশুবা চহীচাগী বিজ্ঞ নস্তু, মায়খীবি, মীওইবগী কল্লনা। অসিননি জাতিঙ্গা মালেমনা ওক্লবিবা লৈহাও অসিনা ওইরমাল্লে কোমলাদস্তু থোইদোক্লা মহাও চেল্লিবা।
প্রতাপ্পা ওনশিল্লি—
—শর্ম্মা, লমদমসিদা পাং তুরেলকদি লৈব্রা?
—ওঝা, থোইনা লৈতে।

## উচেক খুনদিনফম লৈবাক অহুদা

অহুদি, উচেক শঙ্গ শঙ্গনা রাইথুংলরিবসি করিগীনো? পান্তা চাকতাবা কয়ামস্মু ময়াওরি: ভান্তু থঙ্গোং, ভারাকপী, লম্প্রাই, উশাই নত্তুনা য়ুমঙোং তোইবা মালেমগী উচেক কয়া কয়াস্মু রাইথুংলরতুনা মহাযজ্ঞ অসিবু মপুং ফাহল্লরি।

"নত্তে! 'পাওা তাবা উচেকা চীণ্ডদা তাগে হাইরক্‌ ৫—' কা হায়বা অহোংবা অমা পাম্বগী মহাযজ্ঞরা?

ইঞ্জিনগী মখোন নমথতুনা লাউনা হংভি,—শর্মা। উচেক খুনদিনফমদো কয়ামদি রাংলি?

যৌরকলে ওঝা। বাস লাইট মঙালদো শেন্নবিু।

তাঞ্জাতুদা গাড়ী মনিং থজিক হাইরকই। মীয়ামশিং মীপাইনরকই। ঐস্মু স্বাই লাওই।— 'করিনো? ড্রাইবরসিবু পেটোলকা হাল্লকলত্রা? মতুদি মানা খণ্ডত্রে। অস্মুম্না মিং কুপ্পুন শেন্নতুনা লাকপনা টিনমাই অমদা ইরিবদো মিৎচানরুই—

Welcome to Coming birds

Forest Dept

N.C. Hills.

ওসাইমথৈ ড্রাইবরদা রারৌখিবদো নুংশিবা মচু শঙলকখি। নঙগী থৌজালদগী হাফলোংগী অহানবা খোঙচৎমক্তদা মতম কুইনদগী খোইরাংহল্লকলবা উচেক খুনদিনফম লৈবাক অসিদা ঐবুস্মু মতমচানা পুশিনবিররে।

থৌরাং অমগা লোয়নননা ঐস্মু মায়কৈ মরি কোয়লৈ লৈতুনা য়েংভি। অহুবু লৈচিন্না কুঙখিবনা উচেক অমত্তস্মু পাইবা উরমদে।

## উচেক খুনদিনফম লৈবাক অতুদা

রাস লাইটকী মঙালতা নত্তে। মফম মফমদস্থু মৈ কাপ্পরি, পেট্রোমাক্স থানবস্থু কযানি। সুপ্পা দ্বীপান্বিতাগী মৈরা পরেংগুম নিংথিশ্লরি। মরুমদা মৈ ওই খরস্থু উতুপ থাংতুপ পায়দুনা লুম্নবি উচেক হাংকদোমাল্লি।

অসিনি মীওইবগী ধর্ম, খুনাইগী চৎনবী অতুগা উচেক রায়াগীনা যজ্ঞভুমি।

খল্লুবদা পুক্নি দ নুংশিবগী চৈনাখোল অমা ফাওখিদবদি নত্তে। যেংনা যেংন কায়নরমলে মতম কুইনগী আশা ‘উচেক খুনদিনফম লৈবাক’’ লাং মখাম্না য়োম্লদুনা, খুৎলাম তোয়না ওকচরিবা ফোরেষ্ট ডিপার্টমেন্টকী টি-মাই অমগী মকমদা তু ফুম'বা মীওইবগী অখাবা মিৎয়েংলক্তা।

হায়লোং য়োবে। মবাল লৈজদ্রবা উচেকশিং অতুগী রাখলদা অহিং অদো বরম্না হৌখিবা ওহৌদ। নোংচাল্লে উচেকশিং অতুগী মরম থীজিল্লুবদস্থু থাজবা যাব পাউখুম অমত্ত' ফংলক্তে। ওঝা নরেন অকোইজমনদি, “নোংমা যেংলুসি, মতমস্থু চারে। পামফ্লেটকস্থু মরেরম্বা ময়াই।” হায়। ওঝানদি, নোং য়াম্না চুরবা মতুং লৈচিল কুনা থাব নোংথি নোংমচেং অহিং অমদি থামম্বা মংমদনা হেন্না উচেকশিং অসি রাইথুংলে। মকৌশাগী ফিভমশিং অসি অমা রাংপা য়াদেবস্থু মহায়। মতুম্থু কদাইফাওবা চুমলিগবা” মানদি. ইশম শম্না।

— ‘হয়েংলাকও কোনা হেক্তা চৎসি। কিলোমিটার নিপালতা লাম্পা লমসিবু কা হায়দুনা খুৎনা লাম্বা ফংবতোনা খলহল্লি

ওঝাগী থৌজালদো ডায়দুনা ঙুমিৎ মরিনি খাওলিবা 'অতুবু লাইবকথিব হায়গদ্রা খরনিদো নোংনা লেপ্পা লৈতনা

চুখিবনা অহিং অমত্তস্ম মফম অহুদা চৎলুবা লেকলুবা ঙমলকখিদে।

১৯০২গী অহুরাইদা মমণ মাঙখিবা খুঙ্গা থন্না মণ থীবা চৎনকপদা থেংখিহুনা মৈনম থানহুনা চীঙ্গোন অসি শমলকপদা মৈঙাল অহুদা ঙাওববা উচেক কাঙলুপ কযা কযানা কোইনা কোইনা লঙজা উমাইবীক্ষম পাইরমলগা মৈবাম্বীনা মৈনা চেং শিন্দুনা শিন্নবাদা থেংনখি। পাম্বৈ লৈজদ্রবা চহীহাপশবা খুঙ্গাশিং অহুনা ঈশ্বনা পীবিবকপা চীঙ্গাকনি খন্দুনা চানকপা নুমিত্তগী হৌনা উচেকশিং অসিগী নন্নাইবক থীবা হৌখি।

নুমিৎ অহুগী মহাও কাউবা ঙমনদ্রবা মীওইশিংনা ঙসি ফাওবদ হাৎপা হালেংদ্রিবা, মালেমগী অতোপ্পা মফম অমদা থোক্লমগনি থাজদ্রবা, জাতিঙ্গাগী "উচেক তিনফম লৈবাক" উচেক অমত্তস্মু উবক্তা, অহিং অমত্তস্ম ঙাযকবা ঙমদনা লৈহৌবে, তুংগী আশা অমগী মখা পোন্না।

চীকমাংনখাব ওঝা নাবেনগী থোজাল, মকপ বীরেন্দ্রগী রাখল, এল কালিদাসকী খোঙবু, ওনাও হবোচৌবগী থৌনা ভমথীবা নোংজুনা ঈবাকনহন্দুনা। চৎলমদাইদা হায়হৌবা ইচল বীনাগী রাইহৈদুদি ঙসিস্মু কাউদ্রি 'তাদো হাফলোংগা চেং চাকবববদি, অমুক্তং ওইবনস্মু হল্লকই হাযনে' □

অচুম্বা অমসুং
ওইজথীবগী শরৈদা
কুম্ভমেলা

রামায়ণগী রারীনি—

কপিল মুণিগী মীচৈনা নুং ওনখ্রবা সূর্যবংশগী নিংথৌরেল সাগরগী মচা লিংশিং হুম্ফু বু লানবিনবা মশু ইবুংঙো ভাগীরথন লাইবৈবাক্তগী গঙ্গা তুরেলবু মালেমদা পুখবকই গঙ্গা ইবিনদ লৈবিবা রুদ্রপ্রযাগ, কর্ণপ্রয়াগ, দেবপ্রযাগ, প্রযাগ (এলাহাবাদ) শিংগী মনুংদা প্রযাগনা অখোইবনি।

প্রয়াগ, গঙ্গা, যমুনা অমসুং সরস্বতী তুরেল অহুমগী ইতিনফমনি মরম অসিনা প্রযাগপু তীর্থরাজ হায়না মতা ভাবক্ত শীংথানৈ। তীর্থ অসিমক্তদা প্রজাপতি ব্রহ্মামক্তা যাগনদ পাংথোকখিবদগী প্রয়াগ কৌখিবনি বামায়ণদা শি থানবিব ভবদ্বাজ মুণিগী আশ্রমসু তীর্থ অসিদনি। খ্বাইদগী চেন্না মীযান্না থঙনরিবদি তীর্থ অসিগী মেলা কুম্ভমেলানি।

কুম্ভমেলা, মালেমগী খ্বায়দগী চাউবা অমসুং তৌবকফম মতম লেপঙমদনা লিরবা ধম-মেলানি। মেলা অসিমক শাগৈগী খেন্নবা থমদনা কখোকনবগী তীর্থভূমনি। মেলা অসি কবস্বা মতমদগী হৌখিবনো হায়বগী তাংদাংবা অমা লেপ্পা ৬মুদ্রবসু অমৃত চফূগী রারী শিংবুমদি ঙসিসু থাজনরি।

লাইনিংথৌ সোরারেল (ইন্দ্ররাজ) গী লাইনিং পরৈদা

গেল্লদুনা বৈকুণ্ঠদা ডাম্বেংইরিবা নারাণ না লক্ষীবু সিন্ধু-কন্যা ( ঈরাই নৈমা ) ওইনা লাংওন্নবা য়াথং পীখি। অদুগা লৈশেম্বা ব্রহ্মা কৌরদুনা লাইয়াম অমসুং হিংচাবশিং পুন্না সমুদ্র নৈহন্নবা থৌরাং অমস্থ শিলহনখি।

নারাণগী য়াথং ফংলবদা ইন্দ্রনা হিংচাবশিংগা তানদুনা সমদ্রু নৈবা অমসুং মদুদগী ফংলকপা পুম্বা য়েন্ন-চামিন্নবদা য়ানরদুনা সমদ্রু নৈবা হৌখি।

লাইয়াম অমদি হিংচাবশিং পুন্না হিমালয় চীঙজাওগী অরাংদা লৈবা ক্ষীর সমদ্রু থোংবান্দা থিল্লম্মী। মন্দার চীংনা শুক ওই অদুগা লীন নিংথৌ বাস্থকীনা থৌরি ওইনা হেৎলগা বিষ্ণু মশামক্না থেঙ্গু ওন্দুনা মন্দার চীঙ নমদ পোরদুনা ক্ষীরোদ-সাগর নৈবা হৌরম্মী। ক্ষীরোদ সাগর অসিমক্তদনি অদুগৈ লক্ষীনা খোগল তৌদুনা শ্রী বিষ্ণুনা অনন্থ শয্যাদ চেপখিবদো।

মন্দার চীঙগা তক্লবদা রারবা বাস্থকী লীনগী অশাবা নিংশা স্বোরনা অতিয়া মকোয় মমশিল্লকলবদা লাইয়াম্না নোং ওইনা চুহনখি। মচাক্না কামথোরকপা হু-না মকোকলোমদা পায়হল্লিবা চমজ পংজরবা হিংচাবা কয়া শিখি। অদুম ওইনমক অমৃত অমসুং লক্ষী কণ্ডনিংবগী রাশলদা ডাওরবা হিংচাবশিংদো সমুদ্র নৈবদি লেপলমদে।

মদুগী মতৈনা সমুদ্র ঈরোলমসুংদগী ফাউগৎলকখি থা, ঐরাবত শামু, উচ্চৈশ্রবা শগোল, সুরভী, অাফসরা, পারিজাৎ লৈরাং, পুষ্পরথনচিংবা। তৌইশুম্বসুং লাইয়াম্না অপংবা

অচুম্বা অমসুং ওইজবীবগী শরৈদা কুম্ভমেলা

হিংচাবশিংগী শরুক্তি তম্বীরমদে। হিংচাবশিংসু মতুদা থোক্তনা মিত্তারমদে। মখোয়না পামলিবদি লক্ষীনি।

পামজরিবা লক্ষীদো ফঙননবা হন্না নৈরকলবদা ধন্বন্তরি কুবের অমৃত চফুগা লোয়ননা ফাওগৎলকলে। অমৃতগী মগুণ খঙলবা লাইনিংথৌ ইন্দ্রদেবনা মচা মপা জয়ন্তদা অমৃত চফু অদু লাইরৈবাক্তা পুখিনবা য়াথং পীরম্মী। ইন্দ্রদেবগী ফৎত্রবা রাখল পুকচেল অদু হিংচাবশিংনা খঙলমদ্রবসু মখোয়গী গুরু শুক্রচার্যানদি খঙ্লমই গুরু শুক্রচায্যনা অমৃত চফু অদু মুল্লনবা য়াথং তৌথরক্রবদা হি চাবশিংনা জয়ন্তবু তান্নরম্মী। জয়ন্তসু অমৃত চফু অদু পুতুনা মালেম থুংনা চেল্লম্মী।

সুমিৎ হুমনি চেল্লবা মতুংদা চোকথরবা জয়ন্ত অমৃত চফু অদু খমলতুনা ভাইহাক পোথারিবৈ হিংচাবশিং থুংলরে। জয়ন্ত চফু অদু তন্না লেংথোংনরতুনা অমুক চেম্বা তৌরম্মী। অসুম্না সুমিৎ হুমনি চেল্লবা মতুংদা অমুকসু পোথাগে তৌরিবৈ হিংচাবশিংসু থুংলখি। অসুম্না সুমিৎ হুমনি চেন অমুক পোথা হুমনি চেন অমুক পোথ তৌতুনা সুমিৎ তরা-নিথোইনি চেল্লকলবদা চেনফম খঙত্রবা জয়ন্ত অমুক হন্না ক্ষীরোদ সাগরদা থুংলখি।

অসোমদা লক্ষীসু সমদ্র ঈরোলমুংদগী ফাওগৎলকখি হিংচাবশিংনা মখোয়গী ফংফম থোকপা শরুক পীনবা হায়-রকলবদা লাইয়ামনা পীনিংদবদগী লাই-হিংচাবা অনীগী অকন্বা লাম্থেংনরম্মী। লান তুদা হিংচাবশিংনা মাই পাকপদগী অমৃত চফু মখোয়দ শিন্নরম্মী।

ওইজবা পুম্বা মাংবা তারক্লবদা লাইয়ামশিংবু য়োকপীনবা

## অচুম্বা অমমুং ওইথখীবগী শবৈপা কুম্ভমেলা

অতুগা হিংচাবশিংবুস্থু পেলথন্নবা শ্রী বিষ্ণু মশামক্না মোহিনীগী শকুম মৌখি। মোহিনীগী শুক্সাংনিংঙাই ওইরবা শকুমঅদা ঙাওরবা হিংচাবশিংনা অমৃত চফু অদু য়েংস্থাকতুনা পীথকুবা মাঙোন্দা শীন্নরম্মী। মৌনম হৈবা মোহিনীনা লাইরাম পুম্বদা অমৃত পীথকুনা শিনাইদবা (অমৃত) পুন্সি ফংজখি। অতুগা অপংবা হিংচাবশিংদা যু মহী পীথকুনা ঙাওহনখি। অসিগুম্বা অচেংবা তাল্লক অসিদা লক্ষ্মী দেবী বৈকুণ্ঠদা অমুক হন্না য়োৌজবা ঙমখি।

ইন্দ্রবাক্তকী মচানুপা জয়ন্তনা অমৃত চফু পুহনা চেন্বদা ঙাইহাক ঙাইহাক লমদনখিবা মফম মরি অদু অসেংবা তীর্থ অমমম ওইখি। তীর্থশিং অসিদা সাধু বৈষ্ণব কয়া কয়া তিল্লতুনা মেলা কানখি। মেলা অসিবু কুম্ভমেলা হায়না খঙনরি। অমৃত চফু থাখিবা মফম মরি অথুদি হরিদ্বার, প্রয়াগ, উজ্জয়িনী, অমস্থুং নাসিকনি।

লাইগী নোংমন, তাইবংগী চহি অমা ওই মরম অসিনা লাইরমলেনগী নুমিৎ তরানিথোইবু মীরমলেন্দা চহি তরানিথোই ওইবনা; চহি তরানিথোই মতুং মতুংদ। থত্তা পনখ্রিবা তীর্থ মরি অসিগী তীথ অমদা কুম্ভমেলা কায়।

অস্থুম্না চহি তরানিথোই মতুং মতুংদা কারিবা কুম্ভমেলাবু পূর্ণকুম্ভ কৌই। হরিদ্বার অমস্থুং প্রয়াগতদি অমৃত মরিক থরা থরা তাহৌবদগী তীর্থ অনীসিদতদি চহী অহুম অহুম মতুংদস্থু কুম্ভমেলা কানৈ। মেলা অসিবু অর্ধকুম্ভ হায়না খঙনরি।

# মচু তিন্নদ্রবা থম্মোয়
# অনৌগী লৈতাদ্রবা
# পুন্সি

"অদোম্বু নিংথৌখোম্না ওইবিবরা?"

রাজকুমারসিদা চিংনবগ খুমলকই—

"করিগীনো ;"

"মযাইদা লেপ্লিবসি অদোমগী নচান্নুপী নিকপমানি।"

খল্লম্বা পুম্বা মাংদা লেপ্লববসিদদি মিংকী পি শিম্নজবা নত্তুনা পৌফম থগখিদে। চহি তকক্তা ওাযবিডৈ কাযনবমল্লবী ৩ত্তুনা মপুং ফাবক্লবসিদা মশক লোক্শিনবদা রাবে। মীতৈ শক্তম মাল্লপ চংবত্তুতনদি ইচানি হাদবত্তু ফোগুদোকলি।

থাসি লোন্দা কৌশিল্লি।

"বেমা চংলকউদনা। কন কনা লাকমিন্নে?"

"মামতোনগীদা লাকপনি। শিলচর যৌবক্লবত্তুদ ইপাবু উনিংবদগী য়ৌশিল্লকপনি।"

"নঙদি ঐবু কবম্না থগুভি।"

ফোটো উত্তুনা হাযবকই,

"সিগী মপান্না"

নিযতিগা ঐগা পুন্না নমমিন্নখিবা ফোটা অত্তু উবদা অঙাংশিং অসিগী মমাদা ইকায়বা ফাওবকই, শোয়দন খল্লমগনিকে মীতৈ মচানসু মচীন থীনবা, নুপীবু ওহাকী শান্নপোং ওইনা লৌনব্রা? ওয়া লোৎশিনত্তুনা ইচান্নুপীদা ওনশিল্লি

"যুম যৌকখিসি। চাকচাবা অমমমতদি চামিন্নখিসি"

মা-ঐগী অশেংবা নুংশিবা কয়াগী মহেদি কাযনব ওইনা ফংলবে। সমাজগী থববা মিৎয়েংদা চনখিদরে ঐখোয অনিগী নুংশিবা। থুন্নাই চৈবাক্সা কনখিবনা ঐনা ঐ, মানা মা অত্তুমক চৎনখ্রে। খায়দোকপা য়াদ্রবা ঐখোয

মচু তিন্নদ্রবা থম্মোয় অনীগী লৈতাদ্রবা পুন্সি

অনিগী অপুন্বা শক্তমশি ঙসিদি মমা মপা লৈন লৈন, উন উনা লমজাশিংদা চলহনখ্রে মসি পুম্বসি লাযববা মহাক্লনিকো লায়রবনা ঙুংশি বা শংদে, পুকচাক্লা লাইনিংনি, নোঙ্গবন পাঙ্গলনি, কাযনবনা থমনি হায়'দো এঙোন্দমক্ থোক্লবে "পাব, চৎলসি। এ ঙসি অমুক হনখিদোনি। ইবোক অমা লৈ হাযবদো অমুক্ত খুকমজহৌগে"

"নবোক লোখদ্রে"

'কবিগী খঙহল্লকত্রিবনো? হমাবু লমলাম্বীব্রবস্তু এদি যাওবা যাইদন।"

ইচানুপী লাক্ই তাবদা লেবক লৈকাইদে র। রা .।ঙনৈ মহৈ মহে যেনগদৈ চেন্নরকই নিকুপ্তা শুমাঙদে পিক হেক্ থল্লি নখোযশিং অসি ভবগা খোযশাঙনবকই .ম কুইনা কানলুদ্রবা মুখত্রব মৈবীে খঙচাক চ কুলকই নখোযননিকো এবু হগ্ ইচা কাযনচল্লীবনে। নতমহুন ইমানা এবু লৌখৎনবা হোৎনবদা খোল্লাইতৎ চহুহুনা বাঙোন খিখ াজ্জমগু নহাহুন কন্ন লাঙই

"বেমা, চাক্তুম যোংলম্মু ইচাগী খুৎ চাব হাযহুনা জং হত্রবস্থ ভাত্রস্তু মাবু নমুতুং। চাক থো হল্লে। মাবু ধেংনা যেনা নিংশি লকই,

"নখোয় মনিপুবসে মৈতু শি যান্না চাওহ হাযনৈ দি থাজবমদে। ঙবু থেংনঙেদগীদ থাজরেবে। নঙমক্ক অমুক পুকচেল শে লবদা নঙহুম্বা কযানা শেম্বা খুন্নাই অহুদি কারগী চাঙখৎনমুলেহ"

"এস্মু মনিপুর ওইরেকো।

নিযতিগী রাহং কযাগী পাউথুম কাযনবনা ওইখরে। ঙসিস্তু থাজবমখিগদ্রা মানা মনিপুর চাওখৎপা ফুরূপ অমনি হাযবসে।

প র, চাক লোযরে। অনিমা, নখোযস্মু চাবসি। ইকাযকুন্ত পাংনিনেসে লৌশিনবিবস্মু লৌশিনবিদ্রবস্মু।"

এস্মু মাগী লোযনবকপীশিংহুদা খুশিল্লি

"হঙ্গোযনু হঙ্গোযনু নযুমনি। খন্দোকউ।"

চাক চানা চানা নিরূপমা মপি শিন্থবি মাগী মতৌদা এস্মু অতুমক পি শিন্থবকখি। কপ্পা কপ্প মাবু থেংজিনবিবা,

"রেমা, মসি পুম্বসে ইপানা লানখিবননি।"

ইপানা লানখিবা লৈবরস্মু এদি খংদেদনা। এবু মনিপুর নত্রনে? না মনিপুরদা লিনবদা কবি ওকাযবা লে"

কবিস্মু অকাযবা লৈরে ইপানা লংবর অসিদ নখোযবু থম্বা ঙমদঙনা লৌশিনদবনি নঙগী ঈদা নিপা চল্লিমগৈদি কনানস্তু নঙবু মনিপুরদগী খায়দোবপা চল্লোই মসি ঙেক্রসি। নীংশিনাগা শোযাঙম্বগা কযাম চাওরে লংইবিক লাইশুকা ভমহনবিবএ"

মপি তৈথোল্লগ হাযবকই,

"নীংশিমাদি পুরোকখোযগা লোমিন্নবি, বুঙোদি হোতেলা অংদা থংক চঙলে"

"হচাবু গ্রাস চামহল্লব।"

চাবা থকপ লোযনরে। নিরূপম এগী যুংবান কোহযে

মচু তিন্নদ্রবা থম্মোয় অনীগী লৈতাদ্রবা পুন্সি

য়েংলগা মপি তৈথোকই অদুগা ঐডোন্দা ওনশিল্লকই—

"পাব আদা চৎলসি ঐখোয়গা লৈমিন্নরুরসি"

'ইপা চৎলরোই। অসিদা অস্নুম শিবা ডায়রগে। ঐনা শিদ্রিমখৈদি নখোয় ইপাবু কাওগনু। কাওনদবতনা লায়রবা ঐগী পোৎহাপনি"

শাগৈগী মনে মন্দোনশিং ইচানুপী থিন্দোকপা লাক্লরে। মানা মানা ডম্বা ইঙ্খোলগী পোৎথোক কয়া কয়া হাপ্লরি। অয়ুক চারগা নোংম' লেম্বা তম্নবা ইশামক্তি ইচাবু অচিং অমদং ওইরবসু লেকমিন্নখিসি হায়বগী থৌনা ফাওবা য়াওখিদরে। মখোয়গী মতু' ইন্না ইন্না ঐস্নু মাবু থিন্দোরকপদ' য়াওখি। ইচাগী ফিভম, চহি মতাং খল্ল খল্লরগা পুক্নিং মুংশিরকই—

"আ, ওস্থোকইদা! নঙবু ইপানা মপু মনাঙা থিনবিবা ওইরমলবদি কয়াদা পেঞ্জরমগবা! অদুবু ঐদি নঙবু পাক্লবা ইপাক্তা জুজপোর পাম্বীগুম তাওহম্বদা তাখ্রেদো। মসিবু ঐতগী ইরাললা? অসিগুম্বা অচাইবা ঈ কযা কয়ানা খুন্নাই অসিবু শীঙনরকলবদি কনানা পাউথুম পীবিগনি?"

"পাব নচা চৎলে—।" হায়দুনা অরোয়বা ওইনা খুরুমলম্মী।

আশীর্ব্বাদ পীবা নত্তনা ইচাবু খাম্বা ঙম্বগী পাঙ্গল য়ায়থিদরে। মতমগী হরানা মতম য়োৗরক্লবদা ইচাবু অদুম্মক পুথরে।

ইচাবু হেক উখিবদা হৌখিবা পুন্সিবু অমুক নিংশিংলকই—

নোংমা লীলা ব্রাদাস'তা রাইশিংলম্বী মুপীজা অমনা ঐবু উবদা হায়খিবা—

"অদোম মণিপুর নত্রা ?'

'মানি ।'

"ঐস্নুনি। ইমাদি খাসিনি। ইমাবু হুন্দোকলম্লগা চেনখ্রে হায়। ফত্তেকো ! নঙস্সু হয়েং অতুম তৌগনু। ঙসি ঐনা মণিপুর ওইনা চাওথোকনীংবদো লম্বী অমত্তা ফংদ্রে। ইশাবু শকক্তাচবা ঙমদনা খাসিরক্তা অম্মুম্মক তিল্লেদো !"

মতুদা ঐনা খুমখিবা—

"মতু শারমচং পাম্বা মীওই খরগী রানি।" ঙসিদি ঐনা রাশক অতু কয়াম ঙাকলিবা ! অতুঙৈ তাখিবা থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইরবা রাহৈ অতুমক কনাগুম্বা অমনস্মু ইচানুপী মক্তদগী তাবা ফংথ্রগনিকো হায়বা রাখল অসি খল্ল্‌বদা ঐ স্বাই, স্বাই লাউরম্মী। তনচং চত্তুনা ইচাশিংবু নাক্তা থমনিংলম্মী অতুবু মখোয়তুবু লৌরুনবা, মখোয়বু লৌখৎপ্নীনবা খাঙগদৌরিবা চাকখাঙ পূন্নমক্তুগী পাউথুমদি কদায় ?"

(৭)

লুহোংফমনি ।

তারমদাই নুমিংকী সনা অহিংবা মচুনা মালেমথক্তা চায়থরকপা মতম অতুমক্তদা বর-কন্যা অনী লৈ হুকরি! মায়কৈ মরিদা কোইনিল নিন্নবকই, হারাও মথোই কানখিতুনা খুবাক খুজিল্লকপস্নু ময়াওনরি। বর যাত্রিক থরা অতুস্নু কোযলাঙ লাঙস্বদগী অমমম অনি'নি চিকমাঙ চিকমাঙ মাঙনখিতুনা অনী অংমতা তরক তরক ঙাইহৌরে। অসিগুম্বা থৌদোক অসি নুতিগী থোকপা নত্তে নুমিৎ অসিগী হরাউ মুঙাইবা খজিক ফোঙদোকপদা মতেং ওইননবা খজিক পায়নকবা হায়বসি ঙসিদি চংনবী অমা ওইশিল্লকলে। অতুনা ওইবমালে মাঙনখ্রিবসি ।

চংনবীদা পাপ-পুন্য লৈতে। তরানবু মান্নথ্রবদি লাল্লবস্নু চুমলে। ইশামক হৈনকবা শিনফম ওইরুবনা, চহীরোমদা গরা রাইশিনথ্রবস্নু তাঞ্জা অতু নাম্বোকথ্রগনি মতাগুম লুহোংফমদগী থোরকলগা কৈথেল মচা অতুগী পানতুকান পরেং পরেং অতুদা মথং মথং য়েংলগা তুংমাং হায়ফেৎ য়েংল শোম্বাংননা হংভি

'ভাইয়া পানি কহা মিলেগা?''

ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো?

তুকান মপুত্থ বাঙ্গালী ওইরমাগ্লে অকায়বা হিন্দিনা ঐবু য়েংলগা শোল্লপ খুম্মকই—

"সামনে ৱালে চা ইষ্টোলমে"

ঐনা মুপাসে ভাব তাদ্রমাগ্লে খন্দুনা, ইহে

"ও পানি নহী, সরাপ, সরাপ।"

"ও হো উধর দেখো।"

খুদোম্বী থীন্দুনা তুকান্দো তাক্লকই।

ঐ তুকানদো তম্না পরপ পরপ চঙশিল্লি। তুকান অত্থগী মরাইবক্তা থেৎলি—

"হকচাং য়োকফম কেন্দ্র।"

খঙহনজবা অমা:

—য়ু থকপা হায়বসি ঈ থকপনি।

ৱাহৈ খরা অসি পারুবদা খুমঙ্লেম মধুমঙ্গল

'জওহরলাল নেহেরু" হায়বা মাগী মপী লাইব্রিকী পরা অমদা ওঝা বোদোননা ফুখিবদো ওঝা অসি হেক নিংশিং-ঙকপদা পুক্লিংদা অকিবা অমা ফাওরকই— মহাক্না করিগীনে। থৌদোক অমদগী ৱাশকহনখিবা হয়েং চাউরগা য়ু থকলোই শা চারোই।"

ঙসিদি ৱাশক অত্থ কদায়দা চৎখ্রবা— ঐগী ৱাশক শরৎচন্দ্রগী "দত্তা" দা বনমালী জগদীশ অমস্মং ৱামবিহারী মখোয় অহুমনা খোংনাংখোংদা ৱাশক্লখিবত্থমঙাই। কিনা, কিনা খনজাননা হেলোইনা পুবা মীগুম তুকান মমাঙদা লেপলি। খুদক্তা অমুক খন্দোকই— "য়ু থকপা নত্তে

ঐবু কৈদো হায়রিবনো?

অঙৈংবসিদা হকচাং খজিক শাগৎনবা ছিদাক থককনি।'

পিকতক চেংতক ফনা চঙখোম্বা তুকানদো মথং মথং কা খরম্সু থাইদোকখি। কাশিংজুদা পাংখোকদবা ইকায়বা, ইজ্জং থমবিদ্রবা মুপীশিংগী লাইয়েক কয়াস্‌সু মথেংলি। মন্নুংগী কা অমদা ভিডিও কাপ্লিমাল্লে মী য়েংনবগী ঈনিল অমসু মতাংরি। মী খরসু চঙনখি, খরা অমসু পোক্লরকলি।

ঐনা চঙখিবদা বর য়াত্রিক অমনিজু ফমলমই মখোয়গী মরক্তা পালা মচা অমনিসু চন্দোন চরা জোরোক জোনা কয়ালি। মখোয় ঊবদা ঐগী চিংনরম্বা খরা মবৈদি কোক্র। অদুবু পুর্মাংখাক কোকখিবদি মজুবনিনা ইকায়বোই করিবোই, তঙ্খায় অমদি ডমশিল্লে। হাইফেট মুডাইরে। চুরুট অমা চমলতুনা হৌগৎলগে তৌবমক্তদা মুপীমচা অমা চংশিল্লকুনা হংঙকই,—

"তঙ্খায় অমতংগা পুক্তরকখিগে?"

"য়ারে, য়ারে। অদু ইচল! তুকানি মপুবু .........।

"সর্দার প্রেমসিং।"

মিং অসি তাবমক্তদা ঐঙোন্দা করিমোমা ফাওখি। চৎলগে থন্দুমা পোত্ত থাংদোরক্লবনি। অদুবু নিংশিংবা অমনা ঐবু থংকম ফাগহল্লি। খল্লকই, ঐখোয়গী প্রেমসিংদি নত্তেদনা। তম্বদি মঙমদে। মতমনা অহোংব কয়া পুরক্পা অঙকপা নত্তে। ঐ অমুক মফম অসি শক্হনিংঙকতরে। মোংমা স্কুলদা য়ায়া নিঙম্নদনা হায়রবা ৱাহৈ খরমা ঐগী হকচাংদা শিংজানা ফুবগুম চৈদাখোল ফাওরক্খি।

'প্রেম! নংবু থবকা অমত্তা পায়ত্রিব্রা?'

'কদাইদগীনো ওঝা !'

'ইন্টরভিউকস্নু খরমকস্নু ময়াউশিল্ল দনা ?'

'য়াউবগীদি ওঝা মশিং লাকগুমদ্রপোংনি। অদুদা ঐখোয়গুম্বা ধীনিঙাই লৈজদবশিংদি ইরু-খুমলুবা খরদুনদি মায পাকপা ঙমদ্রে।

অঙকপনি মতম অসিগী খোঙথাং, অফবা ছাত্র, লমচৎ ফজবা মী খক য়েংনখিদবে বেগ চাউনা কৎপা গুম্বা সঙ্গ চাউবা লাই শাবশিংগী লৈবাক ওইরবে।

—করিদি তৌরি, ঐনা মখা তাখি

—করিদি তৌনি মতমদুদা ওঝাখোযনা মাংজোননা অতোপ্পা লম্বী অমা উৎপীরমলবদি খুৎকী বিদ্যা অমা পায়জদুনা ইশাগী ইজ্জৎতগী কন্ননবা হোৎনজরমগদবনি। অদুবু ওঝাশিংগী থৌজালদগী লাইরিক মখা তমনিংলুবনা কেবা মৌবা পুম্বা থাদোক্তুনা লুখ্রাবী ইমাগী মপাঙ্গল শুম শুমদুনা উচিন নাচিন M.A. ওইজরে। মদু ওইরবফাওবদা পাঙখোক চাম্বা মীথীবোং অমগুম হিংলিবসিনি।

ঐ অমুক মখা তারুদ্রে। মাগী খনবদা থম্মোয়দা নিংশা স্বোর অশাংবা অমদি হোম্থখি।

হে মতম ! নঙগী নগুনবু কনানা খঙবা ঙমগনি। লাইরিক হৈবা, হৌন লোনচৎ খঙলবা ছাত্র ছাত্রী কয়া কযানা ঙসিগী শেঞ্জা থুমজাগী ঈরৈদগী নাম্থোকচবা ঙমদনা ঙাউচৎনরি। অদুগা মহৈ নিংথিনা তমহৌদ্রবা রারকপা ইনদ্রবা মচা কয়া কয়ানা অরোনবদা অফোঙবদা শিম্থা কয়া পায়নদুনা নঙগী নথাদা নোক খেরি। মপুক ফৎত্রবা লাই শাবশিং

ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো ?

অসিনা নমাঙমক্তদা মুনখি "অমৃত চক্র' কনাদু নঙনা হিংচাবা ওইননিংলবা। হৈহৌ খঙহৌদ্রবশিংনা অখঙ অহৈ কয়াদা ইন্টরভিউ লৌরব্রবা হংনিংঙাই রাহংদি খঙজদা শোল্লপনা পাউহোন্না—

'কয়াদি থীবা ভমজগনি ?'

রাখল কযা অসিনা লাকশিন্দুনা ঙাইহাক পংথরুরমাল্লে— লাউ খোংবা খোজেল অমনা ঐবু মঙফাওনহল্লকই

'লাইব্রিক তমগন্নু য়ু থকউ, নেশা চাউ ওক্রবতনা পুন্সিনি। অরোম্বা কারবার পায়খংলু। শেন পায়নবা হেংনৌ অতুদত্তা ইজ্জেং মক্ষঙগনি। লাইরিক্কা কৈদৌননি। লাউ I am Prem Singh M. A. English. but I hopeless fellow. মসিনা লুপ্রাবী ইসাবু মিকুপ অমা ফাওবা পেলহজ্জনা ঙমখিদে। ঐবু তাকপা হ্নীরকপা ওঝাশিংগী পাউত্তাক্লা মতমগী লাইয়ামবু তাইননা ঙমখিদে। অহৌয়না ঙাওচৎনহনখি। ৎসিদি সর্দার। লমদমসিগী, সর্দার প্রেমসিং মন্ত্রী এম, এল, এ, শিংনা ইজ্জেংপিরিবা সর্দার লাউ থকলখো পোম্বারখো পোম্বাশঙ অসিদা।

নিঙবা কায়বগী য়াক্লবা খোল্লাও অসিনা ঐগী মিৎয়েং চিংশিনখি। মঙদা উরকই প্রেমসিং। ঐখোয়গী প্রেমসিং।

ঐগী আশা পুম্বা মচেৎ তানা বিস্থরকখি। করিন্নুঙগী বার অসিদা চঙ্ রিবনো হায়বা ফাওবা খল্লকখি। ঐগী থাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল পুম্ব। লুংশিবা নীংঙমদবা অমদি ইকাইবা কয়াশিনা চুংশিন্নখিতুনা মীৎতা ঈ কাপ্লে। মনাক তম্না পরপ পরপ চঙশিন্দুনা থুপাক্লা মখজায়দা শেং শেং থাখিরম্মী শাউনা

লাউখি 'বদমাশ নও.........'"

মীয়াম চেন্থোনরক্লুনা ঐবু খাখি। হায়নরকখি, 'নও ঙসিদি শোয়দে। নখোঙ খোঙন। নমং থিরেদনা।'

ঐ রা ঙাঙদে। অত্তুবু চৈনাখোল অমদি ফাওরকই। মচা ফাওবা রারকপা ইনদ্রবা মতমসিদা। ঙসি প্রেমশিং চৈথেং ফঙলবা নোংশাগুম ঙংলহুনা 'কনানো ঙসিদি নও' অস্তুম লাউতুনা থাঙ শক্তোকতুনা চেনশিল্লকখি। অত্তুবু থম্মোয়-মুংগী অংশেংবা মুংশিবত্তুদি কৈদৌমুংদম্মু মাংফদবনিনা ঐবু উবমক্লুদা মথুক্তগী থাঙ থাদখি। লাউরকখি—

খাদোকউ হুই শা— ঐবু ফুবা ঙম্বা মতাকসে কনানো থঙলম্বরা? ওঝানি ওঝা— ঐবু মচাগুম য়োকপা তম্বীরকখিবা।" রাহৈশিং অসিগা ঈরোইননা খোঙ্গেল থোক্লা কপলকখি। খোঙ শোক্লতুনা হায়রকখি— "ওঝা ঐগী ইরাল পুম্বা ঙাকপীয়ু। হিংবগী লানফম অসিদা লম্বা মাঙখ্রবা নচাদা অমুক্তদি তাকপীবম্মু ওঝা ! ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো ?"

ঐ ঙাইহাকই উংঙি। অত্তুক য়াম্বা মীয়ামদো কনা অমত্তা শেংনা উখিদরে। লোম্লা পি মরিক অমতংদি তৈথোকচখি। মতিক থোক্লা মঙাল ফুদোকচবা ঙমজদ্রবা ইলেট্রিকী মৈঙাল অত্তুদা করম্না মীয়ামদগী নাথেত্তুনা লমজাও তারকখিবনো ঐ খঙহৌদ্রে। শোল্লপনা খোঙেল অমদি তারি,"ওঝা ঐবু কৈদৌ হায়রিবনো ?

# ঐস্থ নুপী ওইরম্ববদিকো

[ ৮ ]

অফিস অসিদা ঐনা চৌকিদার ওই করি ওই থবক মচাসিমা তৌরকপসি চহী মঙারোমদি ফাজিল্লকলে। এম, এল, এ, দা সখোঙ মখুৎ পায়তুনা কয়ারকনো হায়জরুরিবা অতুবু করিস্নু কান্নবা ফংখিদে। কাইনথংদা মুংশিবিবদগী হায়বা ভাই ওফিসার ইবোতোন্না হাপপিখিবনী। মতমতুদা মানা হায়, "নখোঙতা কানশিলহৌ কোন্নগী কোন্না থোকপা অমা লাকচনি" অতুবু তোলোবতি ঙসি ফাওবদা ফংদ্রি। ওইরি অতুম ওনারেরী সার্ভিস। খঙদে করম্বা মুমিং থাদ ইমাগী মখুত্তা তোলোবকা কানি হায়তুনা শিন্নজবা ঙমজবা।

লায়ববন করোংচাক য়ুংলবা পুন্সি মরেলদা ইরে'ইনরক্লবী লুপ্নাবী ইমানা ঐবু চাউনবা য়োকপদা কয়াগী মতিক রাজখিবা, হিংনবগী লানফমদা য়োনখিবা কয়া কয়া, ঙসিগী ভিঙ্গাকোক তারবা পুন্সি অসিদদি অমুক য়োন্নিংঙাই নৈরকতবদগী ইপানা থম্বীরম্বা পীক্লবা য়ুম্ফম অসি ফাওবা ময়ি চৎপা তৌরক্লবনি। ইমানদি নোংমতা কাংদে হংঙিবা :

"খুঞ্জাওবা নঙগী তোলোবতুবু মফংলরোইদবা জাৎলা?"

ইবোতোন সাহেবতা ঐস্মু নোংমগী হায়জবা লেপ্লে,

"সাহেপ ঐগী থবকসিবু —।"

"ইহে শোয়দ্রবনি শোয়দ্রবা। মতা ইচাচাদতুনা তৌরিবনি। নঙগী 'সিমতংতদি হায়তুনা খনবদা ঐস্মু কোক শারিবনি। নখোৌতা মশক খঙভ্ ইচাসিদি। নোংমদি হাঃ করি হায়গে?" ইবোতোন সাহেবকী পাউখুমনি। ফংদ্রবা ফাওবদা হেক পেল্লি।

সাহেব অসিগী আশাদা নোংম নোংম হৌখিদুনা ঙসি চঠী মঙা শুজিনখ্রে। অফিস অসিগী মীওই কয়াস্মু পেন্সন ফংনখ্রে, অনৌবা কয়াস্মু চঙনরকলে। ঐতদি মহৌশাগী মহৌ অতুমক লেঙদনা লৈরি। অহোংবা হায়নবু শেৎলিবা-চারিবা অদিনা নোংমা নোংমগী শেগায়রকপা অসিনি। শেগায়-তুগাইরবা আশালক্তা ঙসিস্মু ঙায়রি ইবোতোন সাহেবকী খোজাল। নিংশিংলকই, নুমিৎতু ঐনা থবক কাব লৌবা নুমিৎতুদ ইমাগা ঐগা পুন্না থঞ্জ শাগৎচখিবা আশা কয়া। নোংমদি শোয়দনা খুন্নাই অসিদা খোংথাংমিন্নবা ঙমলবা নাগরিক অম ওইরকপগনি খল্লুবদ পেঞ্জখিবা। নোকপা ফংজরকত্রবী ইমানা ঐবু য়েংস্তুন মোমোন নোকচবদো উবা ফংলগনি খঞ্জজকবা হাংলুরবা য়ুমনি অমুক মপুক থল্লক্লগনি অতুদগী মথং মথং।" খঞ্জখিবা কয়াদো ঙসিদি হেক হেক চিকমাংনরকলে। আশা পুম্বা কায়থরকলবদা তৎতনা নিংশিংলকই, ভেনচার স্কুলগী তোলোব মশক খঙজখিদ্রবা ওঝা স্নাজাওবনা মতম মতমদ ঙাংবকদো—

"হৌদোংন পাল্লগ উচিনা ঙাকপ লৈবাক অমদ থবক ফংবগকা হায়সে তরাই তরাইবকদি নত্তে। লেঞ্জাও পায়নশিংঙী মফমদ পংকোম কোমজরবস্ত্র লায়রবা মচাশিংদদি লৈকংলাগী

মরিচীকাদা ঈশিং নীবগা অমতানি। অদুম ওইনমক ঐখোয় মহৈ তমদবদি য়াদবনি।"

ওঝাগী রাসি নিংশিংবদা অমুক ঐবু ঈরাক্লহল্লি "ঐবু অহুম্না অদুম লম্ম্ংনরগদ্রা?"

রাখল শোম্বরকপা খুদিং ইবোতন সাহেবকী রাহৈ কয়াদা অমুক তেকখৎলক্নুনা অনৌবা আশা মখোল চোংলকই।

সোমদদি লায়রবগী চৈনাখোলদি নোংম নোংমগী হেনগৎ লকই। লাম্থোংনবদা রাজরবী ইমানা নোংমস্ু য়াম্না নিঙমদনা শোল্লি।

"ইবুঙো নঙগী থবকসে ইমাবু থাজবা কৌবা মরৈদ্রে। ঙরাংতা মেত্রিক লানখিবী থোঙাদ কুপ্তেশ্বর্ তস্ু ওঝা ওইদুনা তোলোব চাথবে। নংগী সিনা করম্বা মতমদা ওইরক্লদৌবিবা মীগী শেন্না খ্বাং কোইশিল্লক্লবসিদা ইচাগী তোলোব ফংবগা শিংগেকা হায়না খুম্বসে ইমাদি ওস্তোক্লা ইকাযশিল্লকলে।"

ঐস্ম পুক্লিংদা য়াম্না চিংনরকখি। ইবোতোন সাহেবতা অরোইবা ওইন হায়জদুনা অশেংবা অমা খঙদোকলগে হায়ব-সিমদি পুক্লিংদা লেপখি। ওইরে ফরে, ওইদ্রে হাজিরাশুচৎপরা মীনাই খম্বরা করিনো অমদি তৌদুনা ইমাগী সেবা থরতা ওইজরবস্ু ফংজরগে তেমশিংনখি।

থংনবা মুমিৎতুমক্তদা ইবোতোন সাহেবতা ঐগী রাখল পুম্বা ফোঙদোকচখি। ঐগী রাপুম্বা তারবদা সাহেবনা য়াম্না শাউনা চৈরকখি—

"ওইরনি হায়রিবমক্তদা। সেংসন পুথবব্ হৈ- লৈ হেকপ-দৌনা নঙনা থল্লিনে। য়েংঙোই নঙগী অদু অাংকা লাইরি

ঙসিদি ঐগী কাদা নঙোন্দগী চিংবা কনাস্থু চঙহল্লকপা য়াদেহে। চেকশিল্লু। সিমতং মায় পাকথ্রবদি নঙগীদি শোয়দ্রে।"

সাহেবকী ৱাঙাংতুদা ফংতা ফংলদবোই খল্লুই। মাগী য়াথং ঙাকপদা ঈশ্বর ফাওবা কাওধা ঙমলগদোবোইকা নিংঙি। অনৌবা আশা থাগোন্নতুনা সাহেবকী থোঙ শেন্নতুনা লৈরি।

মুমিৎ য়ুংলকপগী তাঞ্জা অতুৱাইদনি। লৈশাবী অমঃ মশা নান্না শেং চান্নতুনা চংলকই। কার্ড অমা পুথোকতুনা নঙগী সাহেবতা পীরুচো হায়না য়াম্না থৌওইদনা ঐঙোন্দা পী। ঙাইতুনা লৈরম্বগুম ইবোত্তোন সাহেব পরপ পরপ থোরক্তুনা মুপী অতুবূ তরাম তরাম কৌশিন্দুনা মাগী কাদা চঙমিন্নথি।

মতম কয়া চঙশিনথ্রবনো খঙদে। ঙাইহাক্তি ওইরে। মতমতুমক্তি খুন্থাক লাইশিগুম অফিস শঙ অতু পুমচিক চিকই। তাঞ্জাতুদা মশাদা মফি থোংদ্রবা মকোক ইফা ফারবা মীওই অমা অফিস লোমদা চেনশিল্লকখি। মাগী মতৌ মওং উরুবদা ইশাবু ইশানা কাউথোকচখি। ঙাইহাক্তুদা খন্নুকই "ঐঙোন্দগীস্থু হেন্না তোম্বনা পুন্সিস্থু মরৈবিবোইরে। মাস্থু মতম কুইনা অনাবেরী সার্ভিস তৌরকপদগী হিংবগী লানফমদা তিংগাকোক তারবা মফি ফাওবা লৈজবগী মপাঙ্গল লোইথ্রবজ্রাবনি। অসিবু ঈশ্বরগী করম্বা চৈরাকনো?"

হায়ফম তৌফম খঙদনা ঙকচানরিবৈদো মীওই অতুনা সাহেবকী কারোমদা চেনগিনখিবদো থৌওইনা খলহৌদরে। অতুবু থীন্দনা অঙাওবগুম অমুক লাউ খোংতুনা কন্না চেনং স্থোরকখি। অতুদগী লমজ্রাওদা লেপ্পগা অফিস শঙলোমদা ওনশিন্দুনা লাউরি—"মুমিৎ য়ুংবগী কোরৌ মঙাল মশেরা

ঐস্মু নুপী ওইরমলবদিকো।

মালেম নৈলমগী চেকখাইরবা হকচাংদা মিংয়েং ভারী আশা কয়াগা লোয়ননা মালেম নৈলমস্মু কোরো মৈশা লোকলি অচাইবা ঈ মোৎলবী নৈলমা কয়া কয়ামা অনৌবা পুন্সি শেমগৎনরী''। লাওবা লোইবগা অমুক হৌনা নোকখি থম্মোয় নিকহন্বমখৈ।

মাগী খুনোক অতুনা ঐবু জ্ঞান খঙতা তাহল্লকখি। ঐ য়াম্না কিরকখি। করি থোক্লগবা হায়বা অরানা শিংশান্দোর অমা তপ্না তপ্না হোন্দোরকখিবতা মঙায়রি ইবোতোন সাহেব মমায় মখিং ঈচপমুক ঙাংনা থোরক্লুনা অথাবা মিংয়েংগা লোয়ননা য়াম্না শাউনা খোঞ্জেল নিকপমখৈ ঐঙোন্দা ওন-শিন্দুনা হায়রকই—

"খুঞ্জাওবা নঙনা তৌরিবসি করিনো? খঙগনি নঙ" অতুদগী থোইনা মথা তারমদ্রে, নুপী অতুগা অতুম থোকমিন্নখ্রে।

নুপী অতুগী চোইজাইনবীবি শমলাং ঙাংশিল্লনা মাহৈথোং য়েংতুনা হিঙক মাইঙক লেপচবা নত্তন করিস্মু হায়জবা ঙম জখিদে। নুমিৎ য়ুংবগী ঘড়ীকাটাগুম ইথুৎ অনী মশান তায়শিনজরকখি। ইবোতোন সাহেবনা মতুপুম্বা অরোইবা বিদায় ওইনা উবিরমগদ্রা খঙদে। মিৎলুদগী নিংবা কায়বগী পিরাং শিন্থরকখি।

কয়াম কুইনা ফুম্বংনখিবনো খঙদে মিং পাঙথোকপদা তারমদাই নুমিৎকী সন তহিরবা মচুনা মৈশা পুম্বা থাদোকতুনা মালেমবু বিদায় পীরমই। ঐস্মু তপ্না তপ্না ইবোতোন সাহেবকী কা লোমদা চঙলুবদা পায়নিংদ্রবা ফি অমা অনী তারমই। পায়নিংদা পায়নিংদা লোইশিল্লমলগা আশা পুম্বা

মাংথ্রবা হিক্কথরবা হকচাং অসি অফিস তুংওইরমলে।

যুম চঙলকপদা ইমানা য়াম্না মিপাইনা হংলকখি—

"ইবুঙো কৈদৌরে? নশাকা ঙনদ্রবরা?"

পাউখুম পীবগী পাঙ্গল লৈত্রবা পিরাংনা থুম্মংলবা ঐগী মায়থোংদো অমুক উহনিংঙ্‌দবনা ফমুংদা অতুম চংঙে।

নুমিৎ নিনি হুমনি অফিস কারকতবা মতুংদা নোংমদি নুপী অতুগা লোয়নতুনা ইবোতোন সাহেবস্নু অফিস কারকখি। ঐবু থোইনা থৌশারমদ্রে নুপী অতুমক মাগী পি, এ, ওইনা ফমহনখিবদো লাপ্তকনা য়েংতুনা খন্থকই মতম খরনি মমাংদা থোঙাম কুঞ্জেশ্বরীনা মপাগা থবক থীবনি হায়তুনা মরি মঙানি মাঙলুবদো। নিংঙমলকত্রবা রাখল্লকসিদা পিওন্না লাকতুনা হায়বকখি··

"খঙ্গাওবা নঙ কারকত্রবস্নু যারগনি হায়না সাহেবনা য়াথং তৌরে। চৎপা য়ারনি। ঐ খঙহৌদনা কোকচাওবী কাখি। নুমিৎ যুংলকপগী য়াক্লবা নুংশালক্তা চৎনা চৎনা খল্লকই

"ঐস্নু নুপী ওইজরমলবদিকো।" ●

( ৯ )

হেডমাষ্টার অমা ওইনা ঐবু খ্বায়না ইকাই খুম্নে। কনানা ওঝা মঙ্গী কনা'না মঙ্গীবাবু, ইবুংঙোম্না, তাইবুংঙো মানা মানা কৌনিংবা মীঙ্গৌদা মখোইনৈ। ঐগী তলবনা হৈগ্রু মনানা য়োম্বা। সোমদদি ইজং ঙাকনবা হোৎনবদা লাইরেন্না মগুণ ঙাকপদা কফুৎতা পুথৈ হায়নবদো হেক মথোকই।

হন্দক্কী স্কুল বিল্ডিং-গ্রান্ট অসিনা ঐবু মহা-সমষ্যা অমা ওইহল্লে। লুপা লিশিং কুনমঙা তনি লাক্লিবদি। শাখিবনা লিশিং য়াঙ্খে।

'লিশিং কুনমঙা'

পুন্নমক পুংকায় হেক কায়।

চে কলম পূথোক্লুনা অমুক মথং মথং হিসাব শুথৈ। ফল ইত্তা তাদে।

চা পীনা পীনা মমা থম্বাল শিজনা শোয়খিবা তারে মঙংদা তকশিল্লকই,—

"নঙগী অমা অমাকাদি ইলাইবু লাইরি। নুপীমচাগী লিক অমতং শাহৌনবা তৌসি। থাজ-য়োনজ মতম য়ৌশিল-লকলবা ফাওবসিদা করিগুম্বা অমা শেমগৎপিদ্রি।"

চা য়াউম অমা থক্লগা ঐনা থৈদোক্লবা হোংনৈ,
'হাকুমতা অমা শাখিদুদি ?'
'অয়ুক মুংদাং শিজিন্নবদুবো।'
পূক্লিংদা খলহৌই—

'লাইমন্থ শিনিংথ্রবোইরে। লাইরিক লাইশু তমহন্দুনা মতিক চাহনগে হায়নদি মথন্নদে। সনা শাবা, থাজ-য়োঞ্জবা হায়দুনতা মরৈনৈদা।'

খুং থাঙ্গৎপদা ভাইহাক লমদনবা হরানি পেসেঞ্জর হাপকৎ-তুনা তৌফম খঙদ্রদুনা হান্নগী রাখল পরিংদা অমুক চথরক্লি। উরকই—

স্কুল শঙগী ফিভম। কমনকম, অমাংশঙ, থোইদোক্লন্থ নুপী নুপা পুন্না তম্বা স্কুলদা নুপাগী কমনকম লৈতবদগী থোক্লিবা র'থোক। ওঝাশিংগী অরানা কযা কং।

অসিগুম্বা চৈথেং-চৈনাখোল কযানা ইনশিল্লকপদগী এম, এল, এ, দা হাযজ-চংচদুনা লুপা লিশিং কুনমঙা অসি নুপীমচাশিংগী কমনকমগী ওইনা পিবকপনি।

এম, এল, এ,--

রাফম অসি হেক নিংশিংঙুবদা ভসাইদগী হোৎলক্লিবা অঙ্কদো মাইনস অমা চিথবগুম ইশোয় হেক শোয়

নুমিৎ অদুদা হায়জবা মখে হায়জরগা মনাগী সনা পুম্বা বক্সোপ থমদুনা লুপা লিশিং মঙা তরং তরং সিধা থিন্দোক্লব-দুদতা মানা নুংশিবিরকখিনদো--

"মঙ্গীবাবু অদোমগী মতৌসে ঐন্থ খলহন্দবা মঙমদে। ফরে, অদোমগী অরাৎপা সিমাদ আঃ ওতোপ্পা স্কুল অমদা

পীথোকপ্রবা, সেংশন অমা লোন্না ফুকুনা অদোমগী ওইনা, থৈদোরকলগে। খঙত্রেদা অদোমবু কাউবস্থ ঙমদে, বাবুখোই খ্বায় লৈবনা ঐস্থ এম এল এ অমা ওইনা খ্বাইগী সেবা ফংজরিবনি। নত্তে, তুংগী লম্বীস্থ পাক হেক ককপা য়াত্রদে।"

মাইনস লীশিং মঙা

লোয়ননা থা মঙাগী শেন্দোয় লুপা লীশিং অমগা চনী য়াথৈ।।

কমদৌনী ?

কোল তাব ঙমদে।

তারোইদৌরি। কোকচাওবী ফুং কারকই।

ঐ কোক পায়দুনা খাঙই। নিংশাখোর চনিং তানা অমুক্তুং হোন্দোক্লগা— ফি-রোল শেৎচিল্লি। থল্লি, মেনেজিং কমিটিগী প্রেসিডেন্ট থম্বৌসনাগা অমুক্তুং তান্নরুবনা ফগদ্রা।" থম্বা নংদে থন্না থন্না মথোয়রোমদা তংচৎ চৎলি।

থম্বৌসনা কদায়দনো চৎকদবগী মফি-মরোল শেৎলমলে। ঐবু উবদা—

"হৈমা! ইবুংঙোস্না লেঙকলি! ফরেদা। ঐস্থ ইবুংঙোগা অমুক্তুং উন্নগে নিংতুনা ফি শেৎচিল্লমলিবনি। নত্তে নঙনা লাকলিসিবু?

"তাইবুংঙোগা হন্দকী বিল্ডিং গ্রান্ট অসিগী মতাংদা থরা চিকনা তান্ননিংতুনা মিটিং কৌদ্রিদৈ লাকচরিবসিনী।"

"অদুনি ঐস্থ থল্লমলিবা। মিটিংকা লায়রি ঐগী মপুম অমদি থুঙমদবা য়াদে। হৌখিবা সেংশন কয়াদস্থ ইবুংঙো খোইনা ঐবু নিংশিংবিখিদেদো। হন্দকী সিমদি ঐগীস্থ তঙায়

ফদে খম্মবিগদবনি।"

ওস্থোক্রপনি লেংঙ্ক লেংঙ্কগা পুথৈ হায়বদো হেক খোকইদা। খল্লি—

"করম্নো ঐনা ত্তৌগদৌরিসে।"

মাইনসতা মাইনস অমসু হেনগৎলবা। তুপ্পা

লুপা লৈশিং তক্লাত্রেংক্লা চাতপ্লেং য়াক্লৈতা মঙায়রবা!" নিংবা কায়না ঐ তপ্পা তপ্পা সুমদা লাকলে। ইরুক্ক মাইথ-ক্করদুনা চাক চখোম অমতং হুককে তৌরকপদা লুপীমচা লৈরিকতোম্বী পোলি পোলি চঙক্লগা পেহো পেহো রাক্লংলৈ—

"পাবুং ঐখোম্লসু ছিঃ ছিঃ লৈয়ু। স্নাতোম্বীখোয়দি লৈ। মোয়দা রামাম্নন শেংবদা স্নাতোম্বীনা তাম্থোরক্লই। ইকাই-বনা... । মীগীদি মবুং যিপাইনা লৈরকইনি হায়। দো পাবুংগীসু পৈশা ফংই নৎত্রা?"।

অঙাংমক ওইরবসু লৈরিকতোম্বীগী রা অসি ঐহোন্দা ফাওদবদি নত্তে। চাক চানা চানা খল্লি.—

"স্নাতোম্বী মবুং স্নাইল ঙরাংতা মেট্রিক পাস তৌদুনা মিলিটরী খনখিবনী। ঐগী ছাত্রনী। লাইব্রেক ফংমনদনা ইশামক্লা লুপা লৈশিং মক্লা লৌরগা ওম্মা পুম্বদা রানোম্মদুনা পাশ তৌখিবনী। মিলিটরী খম্বা চহীবু ফাবাৎত্রি ছুটি লাকপদা ছিঃ ছিঃ লৈরক্লবা? অদুগা ঐনা চহী কুন চুপ্পা ওম্মা ওই-রকলবা ফাওবা মচা অমা ফাওবা লৈবা ওমদ্রি।"

ইচানি হায়দে, ইকাইরপ তৌনা খুমখি—,

"হোয় হোয় মচা অমা লৈখোক্লগা লোইরে, ইচাম্নিদি। লাইব্রিক্লা কম্না পাউ।"

টি. ভি. লৈরগনী হায়বদুদা মানা হরাউজখিবা,— থম্মোয়-ঙী অশোংবা মায়থোং অদুনা ঐবু অমুকম্তু হৈম্না লৈইনখি।

ইচাগী মাইথোং অদু উবদা, স্কুলকী শা-ঞাদবা টি. ভি. অমদি লৈরগে থনখি।

মাইনস নীশিং তরুক।

নীশিং কুনমঙাদগী কায়থরকপনা লুপা নীশিং তরা-মাথোইগী চাতরেং য়াম্মদা ঙায়রকলে। স্কুল শাবিগী রাখল অমদি থাদোকপা হৌরে।

চাক তোক্লগা কা মতপ অমা চানা চানা টি. ভি. গকা য়েংদুনা ঙাইহাক পোত্থানিংবগী রাখল অমদি পোক্লকই। থনজিল্লকই, রাখলসিদা—

"লেমতৌরিবা শেনফম অসিনা কমদৌবা?"

থল্লা থল্লা যমুংদা চহাঙং তিংথোকক হন্দুনা উইরুম উইরুমতা মতৌরি। থম্বালশিঙ্গু ঙাং ঙাংদুনা চংলকই।

"তা-মল্লে, তাদাসু খরা মায়েংউ। মোঙাসিদা কম্মু ঐম্মু মপাবুংনা তাম্লখিগে।"

ইমুংলোমদা ওনশিল্লকই—

তম্ফা, তম্ফাম্না মপাবুং হঞ্জিনলকলবরা? নঙম্মু থোরকউ নঙ খুড়া মোহন লাক্লি নঙনা পাম্বা মঙংদো তানহৌরো।"

তম্ফাম্নাগা লোইননা ঐম্মু অদুম্মক ইমুংদগী থোরকলে—

"করি করিনোনে নথোয়না ঙাংনরিদুবো"

মম্না-খিজ থম্বালম্না শোইগ্রনী মতাদা তর্কশিল্লকই, অা নীক শাদৌরি। কয়ারক হায়নগদৌনো। মী ঙাংনদুনা পোংককা লৌরবা। ঙম্মোইকা যাদ্রবা।

অঙকপা মুপীগী চকুনী। খাঙবা কৈনখিত্রবা অহুগীসু মথক্তা মুপীমচাগী তৌকম থোক্লবা থোঁদাংনী। মোহোন-লোমদা ওনশিল্লগা—

"কয়ারোমদি চংগদৌরী?"

"তাইবুংঙো, অশামনকা পুম্না লীশিং তরুককুম্বা চঙলবা য়াই। তাইঙোখোইদদি কয়িসু লৈবা নক্তেদো"

"লীশিং-তরুক থরকা তাবা ইয়ামক য়াত্রবাজাংলা?"।

"তাইঙো, য়াম্না তানা পাজরিবনি।"

তস্ফাসনা মরক থংচিল্লকই—

"খুড়া, হন্দক্তী পুজাসে নংহনবিয়ুকো।"

জ্ঞান তাননা অহুম্মক পুথরে লুপা লীশিং তরুক।

মাইনস লুপা লীশিং তরুক।

লুপা লীশিং মচাগা চাতরেং য়াঙ্খেতা মঙাইরবা। সনা শাবা মোহন খোকখিবতা মঙায়রি চান্দম তা চন্দ্রহাস পরপ পরণ চংলকই—

"ওঝা ইবুংঙো কুইরেদা উম্নদবা, শেল পায়রবা হায়সিদা মীকাসে কাউনবা জাংনিনে। কাউগে হায়না কাউথ্রবদি নিং-শিংবক্তা শং পোৎ নস্তে।"

তা-চন্দ্রদাস হেক উবদা থংনিং নিংশিংলকই হন্দক্তী সেংশন অসী ফাওনবা থাখিবা লুপা লীশিং য়াঙ্খেগী ইষ্টীমেট অহু তাদসিনা ওস্থোক্লা য়ানা শাবিখিবনী। লুপা লীশিং অমদা লুপায়াঙ্খে য়াঙ্খে পীগনি হায়হুনা শাহনখিবনি। কয়ো মাইনস অমসু থুংলরনা! পীহৌত্রে তুংগী লম্বী পুম্বা কক্তদৌরী। য়াথল পুম্বা লোৎশিন্দুনা তাদবু ওকচৈ।

"ক্রিকিট কাউগদৌরিবনো? তাদা নত্তনা ননাওগী কনা: ... তাদবু তুংওইনরম্বা হায়রিসে ইশাগী ইখোংদা ইশানা য়ানজবনি।"

"ফরেনে। অদো কর্‌ম কর্‌ম তৌনরবা লুপাদি লৌখোকলে হায়না তাই। ঐস্‌মু নাবনে য়েকপনে হন্দকসি মহানি। থবক পায়রম্বা মীনা পোথারকপসিদি অরাবনিনে। নঙস্‌মু হয়েংতা ভায়রে চৈনাখোল অসি ফংলগদবা। লাইবক ফবা হাইববু ওস্ত্রেলিয়ার অতুগী খৌজাল মচা অমতংনি। ঐনা শাজরিবা ইক্রিমেট পুম্বা মানা দস্তখৎ থাবিরিবনী। মা-ঐ খরা খরা ...... .. ...... ।

"তাদা ননাউস্‌মু ভাব তাজৈ। শোয়দনা তৌজরক্কে অমা অমা চেপ্পবদা তৌবনি। হয়েং হেক্তা লাকচরগে।"

"শোয়নম্নুসি কো" হায়রম্লগা তা চন্দ্রহাস চৎখরে।

অমুকস্‌মু মাইনস লুঃ লিশিং অনী চামঙা।

লুপা লীশিং কুম্মডাগী বজেট লোইশিল্লকলবদা ঐ অহিং নোংশোইবামা মিং কক্লা অমা উইশিম্বা য়ারমদে। থবক মচা অমতং পায়জরিবসে হন্দকী সেংশন অসীনা তৎহনবিগদৌরিব্রা কিরকই। থবক তৎলবদা ওইগদৌরিবা ঐ অমদি ইমুং-মনুংগী তুংগী ফিভম খল্লবদা পুন্সিবু য়াম্না কিরকখি। মুরুম মুরুম শোল্লি,

"কনা কনা ফাহৌসিগে? কমিটি অমদি ইন্সপেক্টর ফারগে থোকঅ থোকঅবমা লাক্লনী। হোয়দা স্কুলদি হন্দক নত্রবস্‌মু মতুংদা চামরক লৈরি মাইনস ময়ামস্‌মু সামলাইহৌদ্রবদি কর্ম্নো?"

অয়ুক অঙনবদা হৌগত্তুনা ইচাম্নুপীবু হৌরোকই লৈরিবতোম্বী চাক খজিক ফুঙ্গাদা থোংউ। ঐ খিনাবা চৎলুগে নঙগী টি. ভি স্কু য়েংলক্কে।

ইন্সপেক্টর ঙফিসনি :

"মে আই কম ইন স্যার।"

"য়েস, য়েস, ইথা থাজনা! করি তৌরে,,

"স্যারগা করিগুম্বা অমা তান্ননিংহুনা

"করিনোনে? নঙগী মায় ঙাকতবা য়াঁওরবরা"

ইন্সপেক্টরগী রাহৈ অসিনা তয়াং-তশোইরম্বা পুখা খুনকা মাঙখ্রে। মখা চৎখনা—

"স্যার হন্দক্কী সেংশন অসিদি স্কুলশাবা শকত্রে, কংনবা হোৎনবদস্মু অম অমদা দক্ষিনা কয়াস্মু তৌথোকখে। স্যারনা লম্বী অমতং শিনবিয়ু।"

"মঙ্গী বাবু অদোম য়াম্না মীপাইরে নত্রা? ফরে নঙ অস্নুম তৌরো স্কুল শাবদো তোকথোকলো কমিটি মেম্বর পুম্বা নখুত্তা হন্নবা হোৎনরো ঐস্মু ভুমিন লৈথোক্লগে, নঙনা অম্নুম চথরকলো। হন্দক্কী সিমদি ঙাকপিরগে"

ঐ হরাউবদা পুক্নিং মথুম মরাং হৌরকই। খল্লী, "লৈথোক লৈশিন য়াবা শাক্তা ঙায়রবসিদা ঐনা কনা অমুক কিকখিগনী।"

লুপা লৈশিং অনী থোক লানশিল্লী।

"য়াম্না নুংঙাইজরে ঐবু স্যারনা হিংহনবিরে

'নমস্তে'

'নমস্তে।'

সেংশন

হয়াউ হয়াউ থোরক্লুনা ওয়ষ্টোন টি, ভি, অমা লৈরম্বুনা য়ুমদা হল্লকখি। টি, ভি, পুরকপদা থম্বালশিঙ অমদি লৈরিক-তোম্বী কয়াদা পেঙ্খিবা। লৈরিকতোম্বীনা কোইচেন চেন্দুনা পাউজেল্লি 'ঐখোয় টি, ভি. লৈরক্লে ;

"ঐখোয় টি. ভি. লৈরক্লে।" ঙাইহাক্কুদা শুমাং থল্লি ; মমা মচা চা লোন্দুনা ক্বা থাইতুনা অহল লমনশিংদা লেবা তৌরি।

লৈরিকতোম্বী মমানবশিংদা পাউমেল্লি—

"হয়েংমখৈ ঐখোয়দা য়েংশিকো। সনা.তাম্বীখোয়দা চঙলুম্মু। য়াম ফত্তেকো"

ইন্সপেক্টরনা তাকপা মতুং ইন্না নোংমাইজিং মুমিৎ অমদা "মেনেজিং কমিটিগী" মেম্বর পুম্বা চাক কৌরে। বিলাতি মহিদা চিকেন মতুম মতুমনা শুম্বা অতুদদি মেম্বর পুম্বদো মরোল থোক্লক্লে। ওম্না ঐগী ওইরে। চাবা থকপা লোইরগা লুপা চামঙা চামঙা অনম্মু নম কুপলবতুদদি ওঝানা ফনবা শিল্লে।, তাইঙোনা হায়বতা তৌরগে মহে মহে "দস্তখৎ" থাবদা কিনর্দ্রে।

প্রেসিডেন্ট থম্বোসনা মনিং থুংলবতুদদি রা ঙাংনখিদরে অঙম্বা মখৈ হায়তুনা শিবা কিদা থোক্লখবে।

ময়াম চৎনথ্রবদা পুক্লিংসে তং তানা পোথাজখি। মমা শিজগা টি: ভি: য়েংমিন্নতুনা ঐনা শোনখি,

"তস অসিনিদনা মতমগী "সেংশন"।



[illegible]

# খুপ্চীন্নব মীতৈ লোন্মীত্ অমসুং লোন্চত্ পথাপ্

## A SHORT MEETEI LINGUISTICS & GRAMMAR

১। লোন্ অমসুং মাগী সাগৈ-সলাইগী মরম্দ নৈনব।
২। খোন্থোক্লোন্ অমসুং মীতৈ ইয়েক্ পুথোক্প।
৩। মীতৈ ইয়েক্ অমসুং মাগী রাঙ্উলোন্ নৈনব।
৪। অতৈ চাইহুন লৈরীব মীতৈ ময়েক্সীঙ্গী সক্তম্ উত্প।
৫। মীতৈ চৈসীঙ্ ইয়েক্ অমসুং মাগী রাঙ্উলোন্ নৈনব।
৬। মরুওইন মীতৈ লোন্চত্ পথাপ্কী মরম্দ নৈনব।
৭। মীতৈলোন্গী বনান্গী কাঙ্লোন্।

আইব ঃ
অকোইজাম্ব নারেন্

কাংলৈ ই-নাত, থৌজীনুব লুপ, মীতৈমম্বম্।